# কচ্চবা

মনীপুরী সাহীত্য অমসুঙ লোনবু নুঙসীবসীঙগী

মফমদা নোল্লুক্লা কচ্চরী

খোমজীল্লোয়সীঙ

# মনীপুরী হন্দোক সাহীত্য

**খোমজীল্লোয়সীঙ :**

১ )     প্রোফেসর সাপম তোম্বা

২ )     ব্রাঙ্গীখোম সোমেন




# মনীপুরী হন্দোক সাহীত্য

অফোঙবীঃ সাপম মঙাল লৈমা

অহানবা নম্বাঃ এপ্রীল ২০০৭

কোপী মসীঙঃ ৫০০

মমলঃ। Rs 120

নম্ফমঃ গৌরা ওফসেট প্রিন্টর্স, থৌবাল ৱাংমাতাবা।

# খোমজীল্লোয়সীংগী বারোন

হৌখীবা চহী ২০০৬ তা The Cultural Forum Manipur না সীনখীবা অনুবাদ সাহীত্যগী ওয়বা সেমীনারদুদা অখণ্ড-অহৈসীংনা পাখীবা অমসুং খন্ন-নৈনখীবা চেসীংদু ফোরমগী অয়াবগা লোয়ননা নমথোকচরে। লাইরীকসীদা সীজীনরীবা বনানগী মতাং অসীদী খ্বাঙ্গ তরানা ঙকপীগনী। মসীগী মরুওয়বা মরমদী মনীপুরী লোনগী ওয়বা অরেপ্পা বানানগী মসক অমা থম্বা ঙম্মবনী। মসীদা অয়াবা পীবীরকপগীদমক ফোরমগী Secretary অমসুং অতৈ Member সীংবুসু হন্ন-হন্ন থাগতচরী।

তাং: ২৮/০৩/২০০৭ ঈং

খোমজীল্লোয়সীং

# থাগত-য়াহৈ

মনীপুরী হন্দোক সাহীত্য কৌবা লাইরীকসীদা য়াউরীবা য়ারেঙসীঙ অসীগী অঙবসীঙ অমদী "The Cultural Forum Manipur" গী থৌপুবসীঙ মরুওয়না General Secretary সরতচন্দ্র লোঙজম্বাবু হন্ন-হন্ন থাগতচরী। হন্দোক সাহীত্যগী য়ারেঙসীবু ঈবীরীবা ওজাসীঙ অমদী ফোরমগী মেম্বরসীঙবু থাগতচরী। লোয়নননা গৌরা ওফসেট প্রিন্টসগী ঈচীন- ঈনাউসীঙবুসু থাগতচরী।

তাঙ : ২৮/০৩/২০০৭ খোমজীল্লোয়সীঙ

# য়াউফম তাকপা

# অনুবাদ সাহীত্যগী কান্নবা অমসুঙ মখল

প্রোফেসর, এস তোম্বা

হৌজীক্কী মতমদা অনুবাদ হাঙ্গবসী য়াম্না মরুওয়বা সাহীত্যীক বীধা অমা ওয়রে। অনুবাদকী মতেঙনা প্রীথীবী অসীদা থোক্লীবা-থৌদোক ৱাথোক পুম্নমক ঈমারোন্দা তাবা অমসুঙ খঙবা ঙমলে। লৈবাক অনীগী নত্ত্রগা লৈবাক ময়ামগী লুচীঙবসীঙ উনবদা অনুবাদক হাঙ্গবদী ঈন্তরপ্রীতরগী মতেঙনা অমনা অমগী ৱা খঙনৈ। মসাগী ৱাখল মসাগী লোন্দা হন্দোক্তুনা খঙহল্লী। অসীদসু নত্তনা বীধান সভা, সঙসদনচীঙবদা নত্ত্রগা মীফম, মীতীন্নচীঙবদা মাগী-মাগী মমারোন্দা অনীঙবা অমসুঙ অপাম্বা অদু ফোঙদোক্লে। মদুসু খুদক্তা অনুবাদক অমনা হন্দোক্তুনা প্রজা মীয়ামদা খঙহল্লী। মতৌ অসুম্না হৌজীক্কী মতমদা অনুবাদ অমসুঙ অনুবাদক্কী তঙাঈফদবা অসী নোঙমা-নোঙমগী হেনগতলক্লী।

তোঙান-তোঙানবা লোন, সাহীত্য, সঙস্ক্রীতী অমসুঙ ধর্মগী ফজবা, নুঙগী ৱাখল্লোন কয়া তোঙান-তোঙানবা লোনসীঙদা অনুবাদ তৌবদগী ঐখোয়না ঈরাঈ লাইনা খঙবা ঙম্মী। ভারতকী অয়াম্বা রাজ্য সরকারগী ওফীসসীঙদা ফাঈলগী লোন অসী অঙগ্রেজীনা ওয়রী। অদুবু ফাঈল অদু ঈরীবা মী অদুগী ৱাখলদী মাগী-মাগী মমারোন্দা খনবা ঙাক্তনী। মমারোন্দা খনবা ৱাখল অদু অঙগ্রেজীদা অনুবাদ তৌরগা ঈবনী। অদুনা অসীগুম্বা মওঙ অসীসু অনুবাদকী মখল অমনী হাঈনা লৌবা য়াঈ। সম্না হাঈরবদা মসাগী ৱাখল অসী মাগী মমালোন্দা ওয়না হান্না খল্লী। মরমসীনা অখঙ-অহৈসীঙনা হাঈ, মদুদী সীকসা পীবগী থবক খুদীঙমক মমারোন্দা তৌগদবনী। অদুনা মালেমগী লোনসীঙদা

ফোঙলীবা সীকসাগী লাঈরীকসীঙ অনুবাদ তৌরগা মমারোন্দা তম্বীদুনা খঙহন্নবা হোতনগদবনী। খুদম ওয়না গ্রীক, লাতীন, রুসীনচীঙবদা লৈরীবা সাহীত্যগী ফজবা অমসুঙ সাঈন্স এন্দ তেক্নোলোজীগী লাঈরীকসীঙ অদু অঙগ্রেজীদা হন্দোকপদগী মীয়াম্না খঙবা ঙম্মী। অসুম্না ভারতকী মরুওয়বা লোনসীঙ-সঙস্ক্রীত, বাঙলা, তামীল, হীন্দীনচীঙবদগী কান্নবা লাঈরীকসীঙ অদু অনুবাদ তৌবদগী মখোয়গী সমাজগী মহীঙ, য়ুমলৈ-কৈরৈ, সেল-থুমগী ফীভম, অমদী চাওখত থৌরাঙনচীঙবা কয়া লাঈনা খঙবা ঙম্মী। বীস্ব কবী রবীন্দ্রনাথকী গীতাঞ্জলী অঙগ্রেজীদা হন্দোকপদগী নোভেল প্রাঈজ ফঙখী। অমদী মালেমগী মীপুম খুদীঙমক্না কবী গুরু রবীন্দ্রনাথপু মসক খঙনখী। মাগী ৱারীমচাসীঙ পাবুবদগী বাঙগালীসীঙগী পুন্সী মরেল অমসুঙ নাতকী ওয়বা চতনবী কয়াগী মসক খঙবা ঙম্মী। অসুম্না প্রেমচান্দগী গোদান পাবুবদগী ভারতকী লৌমীগী পুন্সীগী মসক অমা ঐখোয়না লাঈনা খঙঈ। মতৌ অসুম্না অনুবাদকী মতেঙনা মালেমদা লৈরীবা তোঙান-তোঙানবা জাতী অমসুঙ ধর্মগী ওয়বা মান্নবা অমসুঙ খেন্নবা কয়া খঙবা ঙম্মী। সম্না হাঈরবদা অনুবাদকী মতেঙনা খঙদবা কয়া খঙহল্লী, অরাপ্পা কয়াসু নকহল্লী। মরমসীনা ঙসীদী ঐখোয়না অনুবাদ অসী য়াম্না মরুওয়বা বীসয় অমনী হাঈনা লৌদবা য়াদ্রে। অদুনা মতাঙসীদা অনুবাদকী পরীভাসা অমসুঙ মসীগী মখলসীঙগী মরমদা অমুক সন্নপ্না নৈনজরী:-

অনুবাদ হাঈবদী অমুক হন্না হাঈবা নত্রগা লীবা হাঈবনী। হন্না হাঈখ্রবা নত্রগা হৌজীক-হৌজীক হাঈরীবা ৱা অদু অতোপ্পা লোন অমদা নুঙগী ৱাখল্লোন অমসুঙ ফজবা মসক অদু কাঈহন্দনা হন্দোক্কুনা হাঈবা-লীবা অদু অনুবাদনী। অসুম্না লোন অমদগী লোন অমদা হন্দোকপা মতমদা মসাগী ফজবা অমসুঙ মহাউ অদু মাঙহল্লোয়দবনী।

অনুবাদ হায়বসী লোন অমদগী অমদা হন্দোকপনী। অহানবগী লোন অদুবু সোর্স লেঙ্গোয়জ (Source Language) অদুগা অনীসুবা হন্দোকপা-হন্দোক্লীবা লোন অদুবুনা তরগেত লেঙ্গোয়জ (Targer Language) কৌঈ। খুদম ওয়না মনীপুরী ৱারীমচা খরা হীন্দীদা হন্দোক্লে হায়না লৌরসী অদু ওয়রবদী মনীপুরী অসী সোর্স লেঙ্গোয়জনী অদুগা হীন্দীসীনা তরগেত লেঙ্গোয়জনী। **অহানবসীনা লোন অমা অদুগা অনীসুবসীনা লোন অনী হায়না খঙনগনী**। অসুম্না লোন কয়াদা মথঙ-মথঙ হন্দোকখীবা য়াঈ। অদুবু লোন অমদগী অনী ফাওবদী অদুম চতনৈ। মসীদগী হেল্লবদী অহানবা সোর্স লেঙ্গোয়জগী ফজবা অদু মাঙখী। মরমসীনা হেক ঙম্বমখৈ সোর্স লেঙ্গোয়জ অদুদগী হকথেঙননা হন্দোক্লবা হোতনগদবনী। মদুনা অনুবাদকী মসক সেঙবা অমসুঙ ফজবা হেনগনী।

অনুবাদ হায়বসী হন্দোকপগী মওঙ মতৌগী মতুঙঈন্না মখল ৪(মরী) থোক্লা খাঈদোকপা য়াঈ। মদুদী:-

**১।** **সাব্দীক অনুবাদ** - **(ৱাহৈ-ৱা)**
**২।** **ভাবানুবাদ** - **(চান-ৱা)**
**৩।** **সায়ানুবাদ** - **(মীতম-ৱা)**
**৪।** **শ্রীজনাত্মক অনুবাদ** - **(সেম-ৱা)**

মথক্তা থমজখ্রীবা মখল ৪(মরী) অসী সমলপ্না অমুক নৈনজরী:-

১। **সাব্দীক অনুবাদঃ** সাব্দীক অনুবাদ (ৱাহৈ-ৱা) হায়বসী অঙগ্রেজীদা "লীতরেন ত্রন্সলেসন" হায়না খঙনৈ। হায়রীবা অনুবাদ মখল অসীগী মতুঙঈন্না তৌবা অনুবাদকী মসক্তী ৱাহৈ, অমসুঙ ৱাহৈপরেঙ অদুগা চান্নবা য়েঙদুনা হন্দোকনৈ। মরম অসীনা সাহীত্যগী

ফজবা অমসুঙ মহাউ অদু চপ চানা পীবা ঙমদে। অদুবু লোন নৈনবা কাঙবুনদী সাব্দীক অনুবাদ অসীনা হেন্না পাম্নে/য়ানৈ; মরমদী মসীনা লোনগী নেচর অদু ময়েক সেঙনা খঙবা ঙম্মী হাঈদুনা। খুদম ওয়না অঙগ্রেজীদা "আঈ হেব এ পেন" হাঈবসী মীতৈলোন্দা সাব্দীক অনুবাদ তৌবা তারবদী "ঐগী লৈ অমা কলম" হাঈগনী। হাঈরীবা ৱাহৈপরেঙগী মওঙ অসীদী মীতৈরোন্দা চতনদে। মরমসীনা মসীদী সাঈন্স এন্দ তেকোনোলোজীগী ওয়বা হীরমসীঙদা অয়াম্বা সীজীন্নৈ। অদুগা সাহীত্যগী মতাঙদদী কয়া পাম্নদে।

২। **ভাবানুবাদঃ** ভাবানুবাদ (চান-ৱা) হাঈবসী অঙগ্রেজীদা "ফেতফুল ত্রান্সলেসন" হাঈনা খঙনৈ। অনুবাদ মখলসী য়াম্না ফবা অমসুঙ মীয়াম্না পাম্নবা অমনী। মনীপুরী সাহীত্যাদা তৌনরীবা অনুবাদকী মওঙ অয়াম্বসু মখল অসীগী ঙাক্তনী। ভাবানুবাদ হাঈরীবা অনুবাদ মখলসীগী মতুঙঈন্না - ঐখোয়না অনুবাদ তৌগে খল্লীবা লোন হাঈবদী সোর্স লোঙ্গোয়জ অদু মুন্না হন্ন-হন্না পারগা মদুগী ৱাহৈপরেঙ নত্রগা পেরাগ্রাফ অমগী অর্থ অমসুঙ ভাব অদু লৌরগা তরগেত লেঙ্গোয়জ অদুগী ফজবা অমসুঙ মগুন অদু মাঙখীদনবা হোতনবা অসীদনী।

৩। **সায়ানুবাদঃ** সায়ানুবাদ (মীতম-ৱা) হাঈবসীসু অঙগ্রেজীদা "ফ্রী ত্রান্সলেসন" হাঈনা কৌনৈ। মসীনা অহানবা লোন হাঈবদী সোর্স লেঙ্গোয়জ অদু খরা মুন্না পারগা মদুগী আঈদীয়া অমা লৌরগা তরগেত লেঙ্গোয়জ অদুদা হন্দোকপা মওঙনী। অনুবাদ মখল অসীগী মনুঙদা সোর্স লেঙ্গোয়জ অদুদগী তরগেত লেঙ্গোয়জ অদুনা হেন্না মরুওয় হাঈনা লৌনৈ। মরমসীনা সোর্স লেঙ্গোয়জ অদুদা য়াওরীবা মফম মতমনচীঙবা কয়া অদু মতাঙগা চান্না হোঙদোক হোঙজীন তৌবা য়াঈ। অনুবাদ মখল অসীদা অনুবাদক্কী মনীঙতম্বা য়াম্না লৈ।

৪। **শ্রীজনাত্মক অনুবাদঃ** মরীসুবা মখলগী শ্রীজনাত্মক (সেম-ব্রা) অনুবাদ অসী অঙগ্রেজীদা ত্রন্সক্রীয়েসন হাঙ্গনা খঙনৈ। অনুবাদ অসী মরু ওয়না কবীতাদদা তৌনৈ। মখল অসীগী অনুবাদতী অনুবাদক অদুনা মাগী হৈ- সীঙবা অমসুঙ কবীত্বগী গুন কয়াগা লোয়ননা সেম্বনী। কনাগুম্বা কবী অমগী কবীতা অমা হন্দোকপা মতমদা হন্দোক্লীবা মীদুগী মাগী ওয়বা খুতসেম খরগা লোয়ননা হেন্না ফজবা মওঙদা হন্দোকপা য়াঙ্গ। খুদম ওয়না মাঈকেল মধুসুদন দত্তগী " মেঘনাথ বধ" কাব্যবু শ্রী হৱাঈবম নবদ্বীপচন্দ্রনা মনীপুরী লোনগী ওয়বা লোনচতকা চান্নরা সেমদুনা হন্দোকঈ। মরমসীনা মেঘনাথ বধ অসী ওরীজীনেলগুম ফজৈ। মসী ত্রন্সক্রীয়েসনগী ফজরবা খুদম অমনী।

অরোয়বদা হাঈজনীঙবদী, অনুবাদ হাঈবসীদা চুম্নগী লোন্দা য়েঙবা য়াদে। লোন্দুগী চতনবী অমসুঙ লোন অদুবু ঙাঙলীবা সমাজ অদুগী নাত অদুগা লোয়ননা লোন্দুগী ওয়বা চতনবীগী মসক অদুসু ঙাক্লা হন্দোক্কদবনী। সম্না হাঈরবদা অনুবাদ হাঈবসীনা জাতী অনী নকসনহল্লী। নকসীন্নবা মরী পুরক্লবা হোতনৈ।

---(০)---

# অনুবাদ কলা

প্রোফেসর, দা. ঐচ সুবদনী দেবী,
হীন্দী বীভাগ, মনীপুর য়ুনীর্ভসীতী, কানচীপুর

**ব্রাহৌদোক ঃ**

ঙসীদী মীওয়বনা মসা চাওখতচনবা হোতনবদা নত্তনা সমাজ অমা, লৈবাক অমা হেন্না চাওখতনবগীদমক্তা রাজনীতী, সঙস্ক্রীতীগী ওয়বা মীতয়েঙ কয়াদা হেন্না চাওখতনবগীদমক মসাগী মরোল অমদী মসাগী মরোলদা ঈবা সাহীত্যদা নত্তনা অতোপ্পগী লোন অমদী সাহীত্য কয়া নৈনদুনা গ্যান কয়া লৌসীন্দুনা মসাবু, সমাজবু অমদী লৈবাকপু চাওখতনবা, মীথোয়নবা হোতনৈ। ঙসীগী বীগ্যানগী যুগ অসীদা প্রীথীবী অসী অমত্তনী হাঙ্গনা লৌনরবা মতম অসীদা হেন্না ফবা পুন্সী মরেল অমা লেন্নবগীদমক লোন খুদীঙদা য়াওরীবা গ্যানগী ওয়বা পোতলমসীঙ অদু লৌসীনবা পুন্সী মহীঙ, সঙস্ক্রীতী, সভ্যতানচীঙবা খঙজীনবা হাঙ্গবসীগী মথক্তা মীপুম খুদীঙনা মসাগী লোন্দা নত্তনা মীরোল তমদুনা মীগী লোন্দা য়াওরীবা পোতলমসীঙ অদু মরোলদা পুসীল্লকপা হাঙ্গবসী তঙাঙ্গ ফদবা মতম ওয়রে। মরমদী লোন হাঙ্গবসী সমাজ অমগী সঙস্ক্রীতীদু ফোঙদোক্ল বগী পাম্বৈনী, লোন অদুদা সীজীন্নরীবা ব্রাহৈসীঙ অদু সমাজ অমগী সঙস্ক্রীতীগী সীমবোল ঙাক্তনী। ব্রাহৈ পরেঙ অমদা য়াওরীবা ব্রাহৈসীঙ অদু থৌসীল- থৌওঙ অমগী মখাদা হাঙ্গবদী গ্রমারতীকেল নীয়ম অমগী মতুঙ ঈন্না মথঙ-মনাউ থম্বদনী। লোন অমদা য়াউবা পোতলমসীঙ অদু

অতোপ্পা লোন অমদা পুসীল্লকপা হাঙ্গবসী অনুবাদনী, অদুগা মতৌ করম্না পুসীল্লক্কনী হাঙ্গবসীগী মতাঙদা নৈনরীবা অদু অনুবাদ কলা নত্রগা অনুবাদ বীগ্যান হাঙ্গনা খঙনৈ। অনুবাদক কয়ামুক্কী মীতয়েঙদা, অনুবাদসী বীগ্যান অমসুঙ কলা অনীমক্কী মগুন য়াওঈ। কলা অমা ওয়না অনুবাদতা aesthetic ওয়বগী মগুনসীঙ চেল্লী অদুগা বীগ্যান অমা ওয়না, মসীগী তোপ-তোপ্পা বৈগ্যানীক ওয়বা নীতী-নীয়মসীঙ লৈজে। অনুবাদ হাঙ্গবা ৱহৈসীমক্তী সঙস্ক্রীত ৱাহৈনী, মসীগী অর্থদী 'অমুক হন্না হাঙ্গবা' হাঙ্গবনী। অনুবাদনা পুরীবা অর্থদী লোন অমদা লৈবা ৱাহৈসীঙবু অর্থ মাঙহন্দনা অতোপ্পা লোন অমদা ঈথোকপনী। ৱাহৈসী সঙস্ক্রীত্তা 'ৱাঁদ' ৱবুদুদগী সেম্বনী, মসীগী অর্থদী হাঙ্গবা নত্রগা ঙাঙবা হাঙ্গবনী। ৱাবুসীদা 'ঘ নীয়' হাঙ্গবা ৱাতপ অসী তপসীল্লগা 'ৱাঁদ' হাঙ্গবা ৱাহৈসী সেম্বনী। 'ৱাঁদ হাঙ্গবা ৱাহৈ অসীদা 'অনু' হাঙ্গবা prefix (মাঙতপ) অসী তপ্পুনা অনুবাদ হাঙ্গবা ৱাহৈসী সেম্বনী। অনুগী অর্থনা তুঙদা নত্রগা কোন্না হাঙ্গবনী। অনুবাদ হাঙ্গরীবা ৱাহৈসীগীদমক ঈঙগ্রেজীদা Translation হাঙ্গবা ৱাহৈগী সেম্বনী। Webster's New World Dictionary গী মতুঙঈন্না Translation হাঙ্গরগা করীগুম্বা লোন অমদগী অতোপ্পা লোন অমদা ৱাহৈ ওন্থোকপদুবু খঙনৈ। Translation হাঙ্গবা ৱাহৈসীগী হৌরকফমদী লাতীন ৱাহৈ 'ত্রান্স' অমদী ঈঙগ্রেজী ৱাহৈ 'লেসন' হাঙ্গবা ৱাহৈ অনী অদুনা পুনসীল্লগা সেম্বনী। 'ত্রান্স ' হাঙ্গবসী অর্থদী 'ৱাঙমা' হাঙ্গবননী অদুগা 'লেসন' হাঙ্গবা ৱাহৈসীনা 'পুবা' হাঙ্গবনী।

লোন অমদা য়াওবা গ্যানগী ওয়বা পোতলমসীঙ অদু অতোপ্পা লোন অমদা হন্দোকপদা দরকার ওয়বা পোতলম অহুমখক লৈ। মদুদী ঃ (1) Source language (S.L.) (2) Target language (T.L.) (3)

Subject matter. Translation গী মতাঙদা মমীঙ লৈরবা Scholar কয়ানা পীবীখীবা মোত খরা মখাদা থমজরী।

(১) Nida and Tager 1974 গী মতুঙ-ঈন্না "Translation consists of reproducing in the receptable language the closest natural equivalent of the source language message, first in terms of meaning and secondly in terms of style".

(২) Catford (1965) গী মতুঙ-ঈন্না "Translation is the replacement of textual material in one language by equivalent textual material i another langage".

(৩) Wilss in Noss (1982) গী মতুঙ-ঈন্না "Translation is a transfer process which aims at the transformation of a written SL text into an optimally equivalent TL text, and which requires the syntactic, the semantic and the pragmatic understanding and analytical processing of teh SL".

(৪) Newmark (1981) গী মতুঙ-ঈন্না "Translation is a craft consisting in the attempt to repalce a witten message and/or statement in one language by the same massage and/or statement in another language".

মথক্তা পীরীবা Defination মরী অসীদা cultural aspects তঙাঈফদবা লৈ হাঙ্গৈরম্বদী Nida অমদী Tager ননী, মখোয়না Bible গী লাঙ্গৈরীক্তা য়াওবা 'Lamb of God' হাঙ্গৈবদু Exkimo গী লোন্দা অনুবাদ তৌবদা 'Seal of God' ওয়না সীজীন্নখী। মরমদী 'Lamb' না ঈশ্বরদা কতথোকপগী মতাঙদা innocence অর্থ লৈ অদুবু, Eskimo গী Culture দদী 'Lamb' হাঙ্গৈবদী লৈতে। Source language অমদগী target language অমদা করীগুম্বা পোতলম খরা অনুবাদ তৌবা হাঙ্গৈবসী অরাঈবা থবক নত্তে। মরমদী তোঙান-তোঙানবা লোনসীঙসে তোঙান-তোঙানবা ফীভমদা হৌরকঈ অমদী চাওরকঈ, লোন-লোনগী ওয়বা তোঙান-তোঙানবা grammartical নীয়ম লৈ, অমগা অমগা মান্নদে। লোন অমদা য়াওরীবসী তঙাঈফদনা খোন্থোক, ব্রাহৈ সেম্বগী মচাকসীঙ, ব্রাহৈ পরেঙ সেম্বগী কাঙলোন কয়াদা লোন অমগা-অমগা খেন্নে! প্রমান-পান্থৈ proverb নচীঙবা কয়াদসু লোন-লোনগী ওয়বা থোয়দোকপা মওঙ লৈজে। অদুনা S.L. দা য়াওরীবা পোতলমসীঙদু T.L. দা মান্ননা পুসীল্লকপা অরুবা থবক অমনী।

অনুবাদ করম্না তৌগদগে হাঙ্গৈবগী মতাঙদা Scholar কয়ানা মাগী-মাগী মোত কয়া পীনৈ। মখোয় ময়ামগী মনুঙদা Nida অমদী Newmark গী ব্রাখল্লোন অসী থোয়দোক্না সীঙথানীঙাঈ ওয়। Nida না অনুবাদ সী বৈগ্যানীক ওয়বা Technique অমনী হাঙ্গৈনা লৌঈ। মহাক্কী মোত মতুঙ ঈন্না অনুবাদ তৌবগী Process তোঙান-তোঙানবা Step সীঙবু নীঙথীনা খঙবগা লোয়ননা linguistics সীঙ অদুসু নীঙথীনা সীজীন্নবা তঙাঈ ফদে হাঈ। মহাক্কী মতুঙ ঈন্না অনুবাদ তৌবদা Step অহুম চঙঈ। মখোয় অদুদী: (1) Analysis (2) Transference (3) Reconstruction. হাঙ্গৈরীবা Step অহুম অসী য়াম্না হৈ সীঙলবা অনুবাদ

অমনা য়াম্না থুনা লানথোক্কুনা অনুবাদ তৌঈ। তৌবগীদী হাঈরীবসীঙগী order অমা লৈ। (1) Source language দা ঈরীবা পারাদুদা য়াওবা information অদু খঙননবগীদমক্তা analysis তৌঈ। পারা হাঈবা অসীমক্তবু লোন্দা ঈবনী, য়াওরীবা information অদুসু লোনগী structure অদুদা তোঙদুনা ফোঙদোকঈ। মরম অসীনা Nida গী মতুঙ ঈন্না Original পারা অদু নৈনরগা অতোপ্পা লোন target language দা থমলকপদসু Linguistics গী গ্যান লৈবা মথৌ তাঈ। Nida গী মোত মতুঙ ঈন্না লোন অমগী Structure অসী অনী থোক্লা লৈ। মদুদী: নুঙগী ওয়বা structure অমদী মপানগী ওয়বা structure মনুঙগী ওয়বা structure দী Universal ওয়। হাঈরীবা থাকসীদা লৈবা information দী source language অমদী target langauge অনীমক্তা চপ মান্ননা লৈ। মসীগী ওন্ন-তৈনবদা মপানগী ওয়বা structure দদী লোন-লোনগী ওয়বা তোঙান-তোঙানবা নীয়মসীঙগা লোয়ননা ফোঙদোকঈ। অদুনা source language অমদী target langauge দা করীগুম্বা information অমা তোঙান-তোঙানবা মওঙদা, তোঙান-তোঙানবা ব্যাকারনগী নীয়মসীঙদা লোয়না ফোঙদোকঈ। Nida গী মতুঙ ঈন্না অনুবাদ হাঈবসী লোন খুদীঙদা চপ মান্ননা লৈরীবা নুঙগী ওয়বা structure অদুনা ওয়থোকলীবনী। নুঙগী ওয়বা structure অসীদী অর্থগা মরী লৈনৈ। মরম অসীনা অনুবাদক্লা তৌগদবসী মপানগী থাক্তা লৈরীবা লোনগী structure অদু analysis তৌদুনা লোন খুদীঙদা চপ মান্ননা লৈরীবা নুঙগী structure অদু খঙদোক্কুনা পারাদুগী অর্থ খঙদোক্লবা হোতনগদবনী। খুদম ওয়না হাঈরবদা, ঈঙগ্রাজীদা wish পীনবগীদমক্তা good morning, good evening, good night না চীঙবা হাঈদুনা respectful greeting অসী

পীনৈ। মসী Hindi দা নমস্তে, প্রনাম, অমদী রাম রামনচীঙবা ৱাহৈসীঙনা ফোঙদোকনৈ। অদুবু মনীপুরীদদী অসীগুম্বা wish পীবা ৱাহৈসীঙ অসী মপানগী ওয়বা structure দা কয়া সীজীন্নদ্রবসু নুঙগী ওয়বা structure দদী মসীগী অর্থদী লৈতবা নত্তে, মসীবু ফোঙদোক্লমবগীদমক ঐখোয় মসেল উন্নবদা ঙক ঈন্নে, হাঈরপ নোকনৈ- অদুম্না internal meaning অসে ফোঙদোকনৈ। হন্দক মরক মনীপুরীদা 'খুরুমজরী' হাঈবা ৱাহৈ থেঙনৈ, হাঈরীবা ৱাহৈ অসীগা লোয়ননা চহী ৩০-৪০ গী মমাঙদদী 'জয় জয়' হাঈদুনা কোক নোন্দুনা খুরম্বগী চতনবী অসী লৈরম্মী হাঈনৈ অদুবু, হৌজীক্কী good morning, good evening, good night হাঈনরে। অনুবাদ তৌবগী মওঙ অসী মখাগী অসুম্না Flow chart ওয়না পুথোকপা য়াঈ।




**অনুবাদকী তঙাঈ ফদবসীঙ :**

ঈঙগ্রাজী লোন অমদী সাহীত্যগী অফাউবা স্কোলার Benjamin Whort কী মতুঙ ঈন্না লোন সীজীন্নফমসে মফম অনীদনী হাঈ। লোন অমবুনা বীগ্যানগী ওয়বা মওঙদা অতোপ্পা অমবুনা নুঙগী ওয়বা ঈথীলদা

য়ুমফম ওয়বা সাহীত্যগী ওয়বা মওঙদা সীজীন্নবা। বীগ্যানগী ওয়বা লোনদী লৈসী-লৈথোনবা য়াওদে, পোতলম অমগী মরমদা মসক সেঙনা তাকঈ। অতোপ্পা অমনা সাহীত্যগী ওয়বা লোন্দী নুঙগী ওয়বা ঈথীলদা য়ুমফম ওয়বা অৱা-নুঙঙাঈগা ঈরোয়ননা লৈসী-লৈথোন হাপতুনা ফোঙদোকঈ। মদু তারুবা নত্রগা পারুবা মীওয়সীঙগী থম্মোয়দসু হাঈরীবা ঈথীল অদু পোকহল্লী। সাহীত্যগী অনুবাদতা লাকলীবসী সৈরেঙ, ৱারী মচা, দ্রামা, নোবেলনচীঙবসী লাকঈ। সৈরেঙদী অলঙকার সন্দ, মাত্রা য়াউনা নৈনৈ। অদুগা বীগ্যানগী ওয়বা অনুবাদতনা অরাঈবা লোন্দা facts অমদী গ্যান পীবা লোন্দা ওয়না তৌঈ। সাহীত্যাগী অনুবাদতা সৈলীগী মফম চাওনা য়াওবনা অনুবাদ তৌবা অরাঈবা থবক ওয়দে, মসীদা creative গী প্রতীভা চঙঈ অদুগা বীগ্যানগী হীরমদা অনুবাদ তৌবদী প্রতীভাগী থোয়না মথৌ তাদে। অদুনা মী খরানা বীগ্যানগী ওয়বা অনুবাদনা হেন্না লাঈ হাঈনৈ। অদুবু বীগ্যানীক ওয়বা পোতলমসীঙদা অনুবাদ হাঈবসীসু অরাঈবা থবক নত্তে। মসীগীদমক থোয়দোক্লা বীগ্যানগী মরমদা মমুত তানা খঙবা তঙাঈ ফদে। অমবু ওয়রে, অমবু ওয়রে, অনুবাদকী অহানবা তৌগদবা থবকসী Source language অমসুঙ target language অনীমক্কী মপুঙ ফাবা গ্যান (Perfect knowledge) লৈগদবনী। অনীসীগী মরক্তা অমা সোতথহৌবদা logic অমসুঙ sence দা মপুঙ ফাবা অনুবাদ অমা ওয়বা য়ারোয়দৌরীবনী। অদুগা সোতথহৌরীবা পারা অদুদা থাজবা থমগদবনী, অঈবনা ফোঙদোকীঙলীবা ৱাফমসীঙ মপুঙ ফনা খঙননবা হোতনগদবনী। অনুবাদতা খ্বাঈদগী মরু ওয়বা ৱাফমদী source language গী পারাদা য়াওরীবা message অদু মপোপ কাঈদনা পুননবা হোতনবসীনী। অদুগা target language গী nature অমদী সঙস্কৃতী অদু ঙাকসেন্দুনা চানবা

idiom অমসুঙ proverb সীঙ সীজীন্নদুনা natural ওয়বা মওঙদা পুথোক্কদবনী। খুদম ওয়না হাঙ্গৈরবদা Hindi দা 'অগে ভী খাঈ পীসে ভী কুআ' হাঈবা proverb অসী মনীপুরীদা অনুবাদ তৌবা মতমদা নুঙগী ওয়বা structure গী (internal meaning) য়ুমফমদা তৌগদবনী, Word to word ওয়না অনুবাদ তৌবা য়ারোয়, হাঈরীবা meaning সীবু পুবা মনীপুরী লোনগী চতনবী মতুঙ ঈন্না তৌগদবনী নত্রবদী expression দুগী ফজবা অদু মাঙখীনী। হাঈরীবা Hindi গী Proverb সীগী অর্থদী খুদোঙ থীবা অনীগী মরক্তা তাবা হাঈবনী। মসীগী অর্থসী ফোঙদোকনবগীদমক মনীপুরীদা 'হা উরোক নমাঙসু লাঙ নতুঙসু তেন' হাঈবা proverb অসী সীজীন্নগদবনী। অনুবাদকী মতাঙদা Larson না অসুম্না থমঈ 'What is supposed to change during translation is the form and the code and what should remain unchanged is the meaning and the massage.'

Chinsese মমীঙ লৈরবা Scholar Mao Dun নসু অসুম্না হাঈ 'Literary translation is to reproduce the original artisitc images in another language so that the reader of the translation may be inspired, moved, and aesthetically entertained in the same way as one reads the original.'

Literary translation দা original lesson গী মওঙ-মতৌ, মহাউ অসী কাঙ্গৈহন্দনা পুথোরকনবা হোতনবদা creative অমসুঙ artistic translation গী মথৌ তাঈ। অঈবা অমনা মাগী রচনাদা সীজীন্নরীবা সঙস্কৃতীগী ৱাফম কয়া মতম-মতমগা চান্নবা ফোঙদোকলীবা খুফোঙদোক myth তাকপা symbol সীঙ tradition গী ওয়বা চতনবীসীঙ নীঙথীনা খঙগদবনী, অদুগা লোয়ননা অনুবাদকনা

হাঙ্গীরীবসীঙ অসী কাঙ্গীহন্দনা target language দা পুগদবনী, অনুবাদতুবু পারীবা, তারীবা অমদী য়েঙলীবা মীওয়সীঙনা original ওয়বা পারাদা, য়াওরীবা মহাউ অদু ফঙহনগদবনী। তঙাঙ্গীফদ্রবদী মদু ফঙহন্নবা হোতনবদা ব্যাখা নত্রগা foot nots পীদুনা তাকপীগদবনী। ঐতীহাসীকওয়বা ব্বারী অমা অনুবাদ তৌবা মতমদা মতমদুগী atmosphere অদু পুসীনবা ঙমদ্রবদী অনুবাদকী অসোয়বা ওয়গনী। অদুগা সৈরেঙ অনুবাদ তৌবগী মতাঙদদী য়ারীবমখৈ মনুঙ অমসুঙ মপানগী ওয়বা structure অদু কাঙ্গীহল্লোয়দবনী। মপানগী ওয়বা structure দদী সন্দ, অলঙকার নচীঙবা য়ারীবমখৈ কাঙ্গীদনবা হোতনগদবনী।

## অনুবাদকী মখলসীঙ ঃ

মীতয়েঙ কয়াদগী অনুবাদকী মখলসীঙ কয়া থোক্না খাঙ্গীদোকপা য়ারগসু, অনুবাদ তৌবগী মওঙ য়েঙলগা, অনুবাদকী মখল অসুম্না খাঙ্গীদোকপা য়াঙ্গী।

(১) **ব্বাহৈগী অনুবাদ (Literal translation)**

মসীদা source language গা চান্নবা ব্বাহৈ থীদুনা তৌবা অনুবাদনী। Law, Banking, Commence, Science and Technoly নচীঙবা মতাঙদা তৌবা অনুবাদতা অসীগুম্বা মখলগী অনুবাদ অসী সীজীন্নে।

(২) **ভাব্বানুবাদ (Sense for sense translation)**

মসীদা ব্বাহৈদা কয়া importance পীদে। অনুবাদকী মীতয়েঙ অসী নুঙগী ওয়বা ভাবতা থমঙ্গী। সাহীত্যগী তোঙান-তোঙানবা বীধাসীঙ মরু ওয়না কবীতাগী অনুবাদতা ভব্বানুবাদ অসী সীজীন্নে।

**(৩) সায়ানুবাদ (Free translation)**

সায়া হাঙ্গবদী মমী হাঙ্গবনী। অসীগুম্বা মখলগী অনুবাদসীদা source language দা লৈরীবা original text দুগী মমীঙদা অনুবাদতা তাহৌঙ্গ। মসীদা অঙ্গবদগী ঈবগী পান্দমদু Target Language দা থম্ম বা হোতনৈ অদুগা Target Laguage গী সঙস্কৃতীগা চুননবা খরদী ওহ্নোকঙ্গ।

**(৪) সারানুবাদ (Gist translation)**

সারা হাঙ্গবদী মচী, মরু ওয়বা সরুক হাঙ্গবনী। অসীগুম্বা অনুবাদ অসী Parliament, Assembly গী থবক থৌরমসীঙগী মতাঙদা সমজীন্না অনুবাদ তৌবগী মতাঙদা সীজীন্নৈ। অসীগুম্বা মখলগী অনুবাদ অসীদা য়াম্না পাক চাউবা হীরম অমবু য়াম্না সমজীন্না অনুবাদ তৌঙ্গ।

**(৫) রুপান্তরন (Adaptation)**

মসী মরুওয়না Radio Drama, দুরদর্সনগী দ্রামানচীঙবদা সীজীন্নৈ। মসীদা মরু ওয়না Source language দা য়াওরীবা মুল পারাদু খুদোঙচাবা মতুঙ ঈন্না মসক্তা ওহ্নোক-ওনসীল তৌঙ্গ।

**(৬) ব্যখানুবাদ (Annolative translation)**

মসীদা অরুবা অমদী অরীবা কবীতানচীঙবসী ব্যাখা তৌদুনা অনুবাদ তৌঙ্গ। করীগুম্বা অসীগুম্বা মখলগী অনুবাদতা source language অমদী Target Language অমত্তা ওয়বসু য়াওঙ্গ।

(৭) **বাতানুবাদ (Interpretative translation)**

মসীদা কনাগুম্বা Speaker অমনা ৱা ঙাঙলীঙৈদা খুদক্তা Target Language দা হন্দোকপা মখলনী।

**ৱারোয়সীল ঃ**

অনুবাদগী খ্বাঈদগী মরুওয়বা মচাক্তী নুঙগী ওয়বা অর্থ অদু কাঈহন্দনা থম্বনী; মসী ওয়হন্নবা হোতনবদা Source Language গী পারাগী মপালগী মসক খরা হোঙখীবদী য়াঈ; মসীদা ঐখোয়না থোয়না নুঙনালোয়দবনী।

***Reference :***


1. Rosanna Warren, The Art of Translation ; voice from the Field. Boston :
   North-Eastern University Press, 1959.
2. Wolfram Wilss, The Science of Translation. Stuttgart :
   Gunter Narr Verlag Tubimgen, 1982.
3. Eugene Nida and R. Charles Taber, The Theory and Practice of Translation. Leiden :
   E.J Brill, 1974.
4. J.C. Catford, A Linguistic of Translation, London : Oxford University Press, 1965.

5. Peter Newmark, Approach to Translation, Oxford : Pergamon Press, 1981.

6. Mao Dun, Essays on Translation, Beijing : The Commercial Press, 1984.

7. Satyadev Mishra and Ramashraya Sabita, Anubad : Avadharana Aur Aayam, Lucknow : Sulbha Prakashan, 1998.

8. V.P. Jain, Anubad Aur Masheenee Anubad, Delhi : Sarangsha Prakashan, 1995.

9. R. Srivastava and K. Goswami, Anubad : Sidhanta Aur Samasyeng Delhi : Aalekh Prakashan, 1985.

10. Dr. Nagendra, Anubad Vigyan : Sidhanta Aur Anu Prayog, Delhi University : Hindi Madhyama Karyanaya Nideshalaya, 1993.

---(o)---

# অনুবাদ সাহীত্যগী সমাস্যাসীং

- ৱারেপ্পম জুগীন্দ্র সীংহ

অনুবাদ হাঙ্গৈবসী লোন অমদা ঈরম্বা হাঙ্গৈবদী য়াওরীবা ৱাফম অদুমক তোপ্পা লোন অমদা হন্দোকপদুনী। মসীগী কলা অসীগী চহী লীসীং কয়াগী মমাংদগী মালেম অসীদা লৈরীবা তোঙান-তোঙানবা মীওয়বগী সমাজসীদা থাদোক্লবা য়াদনা মরুওয়বা মফম অমা কন্দুনা লাক্লীবনী। মীওয়বগী সভ্যতানা অসুম-অসুম হেনগতলকপা অমদী মালেমসীদা লৈরীবা সংস্ক্রীতী খেন্নবা মীওয় কাংলুপসীং অমগা অসুম-অসুম হেন্না খংননীংবা অমসুং নকসীন্ননীংবগী ৱাখল অসী হেনগতলকঈ হাঙ্গৈবা য়াঙ্গৈ। মসীগী মরুওয়বা অমসুং কান্নবা অসী খংনরক্লুনা ভারতদা নত্তনা প্রীথীবীগী তোঙান-তোঙানবা লৈবাকসীংদা অনুবাদ সাহীত্য অসীগী দীপার্টমেন্ট হাংদোক্লুনা বৈগ্যানীক ওয়বা মওংদা তম্নবা কন্না চথনরক্লী। মনীপুর য়ুনীভরসীতী ফাউবদা বীসয় অমা ওয়না হাংদোক্লবা ফাওবদা মনীপুরী অমসুং হীন্দী বীভাগতা নম্বর ১০০ গী পেপর অমম ওয়না হৌজীক হৌজীক মহৈরোয়সীংদা তম্বীরী। ঈন্তরনেসনেল গান্ধী বীশ্ববীদ্যালয় ৱার্ধা (নাগপুর) দসু হাঙ্গৈবসীদা এম.এ. (ত্রান্সলেসন) বীসয় অমা ওয়না হাংলে। অনুবাদ সাহীত্য অসীনা ঙসীগী মালেমসীদদী তোঙান-তোঙানবা সংস্ক্রীতী খেন্নবা জাতীসীং অসীগী মরক্তা হেন্না নকসীন্নবগী অমসুং অমগা-অমগা নুংসীন্নবগী লমদা

অচৌবা থৌদাঙ য়ারী। মরম অসীমক্না অনুবাদকী কলা অসী হৌজীক্কী মতমদা য়াম্না পাক চাউরবা হীরম অমা ওয়রক্নে। মসীগা লোয়ননা অনুবাদকী কলা অসীবু পাম্নবা অমদী মসীদা পুক্নীঙ চঙবা হেনগতলক্নে। মসীগী লমদা চাউখতনবা অমসুঙ অনুবাদসীঙবু পুক্নীঙ থৌগতনবগীদমক্তা সাহীত্য একাদেমী, নীউ দীল্লীনা চহী খুদীঙগী ভারতকী লোন কয়াদা অনুবাদ তৌরীবা অফবা লাঙ্গরীক খনগততুনা 'ত্রান্সলেসন প্রাঈজ' হাঙ্গনা মীঙ্গৌদুনা লুপা লীসীঙ ৫০ গা লোয়ননা সাঙ্গতেসন অমা পীরী। মসীমক অনুবাদ সাহীত্যবু য়োকখতপা অমসুঙ মসীগী কান্নবদী খঙদুনা একাদেমীনা পাঙ্গখতপা অচৌবা থৌদাঙ অমনী।

সেমীনর পেপর অসীদা মরুওয়না নৈনজগদৌরীবা অসীদী সাহীত্যগী অনুবাদ খক্তনা থেঙনরীবা তোঙান-তোঙানবা সমস্যাসীঙ কয়া তাক্ল বা হোতনবনী। মদুবু মসীগী সমস্যাসীঙ অসী য়াম্না পাক চাউবনা পেপর অসী লোয়নমক নৈনবদী খুদোঙচদবদগী মরুওয় হাঙ্গনা খনজবা সমস্যাসীঙ খরা খুদম পীদুনা নৈন্নবা হোতনজবনী।

অনুবাদক অমনা অনুবাদ সাহীত্যদা মখল মথেল কয়াগী লোনগী সমস্যাসীঙ থেঙন্দবা নত্তে। অনুবাদ সাহীত্যদা অনুবাদ অমনা থেঙনরীবা খ্বাঙ্গদগী মরুওয়বা সমস্যদী লোনগী মতাঙ অসীনী। জাতী খেন্নবগী মতুঙ ঈন্না লোন অমগা লোন অমগগী মরক্তা সমাজগী চতনবীগী মতুঙ ঈন্না মান্নদবা হাঙ্গবদী খেন্নবা কয়া লৈবসীনা লোন অমদগী লোন অমদা অনুবাদ তৌবদা অচৌবা সমস্যা অমা ওয়রী। অনুবাদ তৌবদা লোনগী সমস্যাসী মখল অনী থোক্লা খাঙ্গদোক্তুনা নৈনবা য়াঙ্গ। অনুবাদ তৌবদা অর্থগী সমস্যা হাঙ্গবসীদা অর্থদু হোঙদোক-হোঙজীন তৌরকপবুনী। সব্দানুবাদ (Word for word) অমদী ভাবানুবাদ (Sense for sense) অনী

অসীগী ওয়বা অনুবাদক্কী মফমদা সমস্যা অচৌবা অমা ওয়দবা নত্তে। ব্যাকারন্দা নৈনরীবা ৱাহৈ, ফ্রেজ, উপবাক্য নচীঙববু অনুবাদ তৌবদা খুদোঙথীবা কয়া লৈরী। অর্থগী Structure অদু সন্দোক্লা তাকপা অমদী চুনহনবা তাবনী। ৱাফম অসীমক স্কোলর Malinowski না Context for Association হাঙ্গৈনা নৈনখী। সব্দনুবাদনা (Word for word) অর্থ থোকপা ঙমদবা লুহনবা অমদী ওন্ন-তৈনবা কয়া থোকহল্লী হাঙ্গৈবা য়াঙ্গৈ। ভাবানুবাদ (Sense for sense) হাঙ্গৈবসীনা ৱাখল অমদী অর্থসীঙগী অসেঙবা মমী থোকহল্লী হাঙ্গৈনা লৌনৈ। অনুবাদ তৌবা মতমদা থেঙনরীবা লোনগী সমস্যাসীঙ খরদঙ মখাদা পীরী।

ঈঙরেজীদগী মনীপুরীদা হন্দোকপা মতমদা হাঙ্গৈবদী 'It rains cats and dogs' হাঙ্গৈবসী 'নোঙ চুবদা হুঙ্গৈ হৌদোঙ য়াউঙ্গৈ' হাননা হন্দোক্লবদী অর্থদু চুন্নররোয়। ঈঙরেজীগী 'It rains cats and dogs' হাঙ্গৈবা ফ্রেজগী অর্থ অসী অনুবাদক অদুনা ফজনা খঙবা চঙঙ্গৈ। ঈঙরেজীগী ৱাহৈ 'rice' পু 'ফৌ' হাঙ্গৈনা অর্থ হন্দোকপা তারবদা অরানবা ওয়ররোয়দ্রা? 'Whits ants' হাঙ্গৈবসীসু মনীপুরীদা 'লৈসৌ' হাঙ্গৈনা হন্দোকপগী মহুত্তা 'অঙৌবা ককচেঙ' হাঙ্গৈনা হন্দোকপদা অরানবা হাঙ্গৈবদী দোস লৈবা অনুবাদ ওয়গনী। 'Transference' হাঙ্গৈবা ৱাহৈসী লন-থুম পীথোকপগী নত্রগা কর্ম্মচারীসীঙগী হোঙদোক-হোঙজীনগী অর্থদা সীজীন্নরী। মসী সীজীন্নফম অসী হোঙদোক-হোঙজীনগী অর্থনা হেন্না চুনৈ। ঈঙরেজগী ৱাহৈসীঙ হাঙ্গৈবদী Middle East, Far East পু ময়াঙ্গৈ নোঙপোক অমসুঙ অরাপ্পা নোঙপোক হাঙ্গৈনা অনুবাদ তৌবদা অকাঙ্গৈবা লৈ। মসীবু ময়াঙ্গৈ থঙবা এসীয়া, নোঙচুপ এসীয়া হাঙ্গৈনা অনুবাদ তৌবনা হেন্না চুনরোয়দ্রা? হীন্দীদগী মনীপুরীদা হদোকপদসু সমস্যা কয়া থেঙনরী। হীন্দীগী ৱাহৈপরেঙ 'ওহ্ গায় হৈ' হাঙ্গৈবসী অর্থ অনী লৈ,

'মহাক সনবীনী', 'মহাক সনবীনী' হাঙ্গৈবসীদা অহানবগী অসীনা 'সা সনবী' অদুগা অকোনবগী অসীনা 'অপঙবা অর্থ 'দা খঙনৈ। হীন্দীগী পাউরৌদা সীজীন্নরীবা 'অধজল গগরী সলকত জাঈ' 'ঈসীঙ তঙ্খাঈগী সনাবুল মখোল থোকঈ' হাঙ্গৈনা অনুবাদ তৌবা চুমলোয়। 'থন্দবা চফুনা মখোল হৌঈ' হাঙ্গৈনা অনুবাদ তৌবনা চুমগনী। 'নাচ ন জানে আঙ্গন তেরা' 'গহরী পানীমে পৈতনেসে মোতী হৈ' নচীঙবা ৱাহৈপরেঙসীঙ অসী মনীপুরী অনুবাদতা 'জগোয় সাবা হৈত্রগা সুমাঙদা তাঈনৈ', খোঙ চোতলগা চীন চোতলী' হাঙ্গৈনা হাঙ্গৈনরীবসীনী। হীন্দী কবী রহীমগী দোহা, "রহীমন পানী রাখীয়ে পানী বীন সব সুন। পানী গায়ে ন উবরৈ, মোতী মানুস চুন"। হাঙ্গৈবসীদা অর্থ অহুম থোক্লী - মতৌ (মঙাল) মানুস (মী) চুন (সুনু হাঙ্গৈবদু ঈসীঙ)। অনুবাদক্লা ৱাহৈ অহুমসী সীজীন্নবা খঙদ্রবদী অরানবা ওয়গদবনীনা অচৌবা সমস্যা অমা ওয়রী। হীন্দী মহাকাব্য 'কামাঈনী', হাঙ্গৈবসীদা জয়সঙ্কর প্রসাদনা অসুম্না ঈরী, অমবু ঈঙরেজীদা অনুবাদ তৌবদা সমস্যা ওয়দবা নত্তে। খুদম ওয়না নৈনরবদা মখাদা অসুম্না পীজরী ঃ

" নীচে জল থা উপর হীম থা,
এক তরল থা, এক সঘন থা,
এক তত্বকী হী প্রধানতা,
কহো উসে জর য়া চেতন।"

## ইঙরাজী অনুবাদ অসুম্না তৌরী ঃ-

" Below him was water, snow ablve, liquid the one, the other solid was, one element alone, dominian held, call it inanimate or animate." জর (ianimate), চেতন (animate)

হাঙ্গবনী। খোম্থোক্লা পীবা অর্থনা জগত (matter), চীতী (concious) অর্থ থোক্লুনা ফীলোসোফীকেল ওয়মনখীদুনা অনুবাদ তৌবদা অৱাবা ওয়রী।

হীন্দী উপন্যাসকার প্রেমচন্দগী গোদান, গবন, নচীঙবা নীসাননা মনীপুরীদা অনুবাদ তৌরে। মহাক্লা ভাবতীচরন বর্মাগী 'চীত্রলেখা' মনীপুরীদা অনুবাদ তৌরে। খুদম ওয়না নৈনরবদা চীত্রলেখাগী তরাসুবা পন্দুপতা (লা:৮৭) অসুম্না ঈরী ঃ

ঈসবার চীত্রলেখা হঙস পরী, "মুখসে কহ্ দেনা সরল হোতা হৈ, করনা বরা কথীন কাঈর হৈ।" সী, ঐস, নীসাননা অসুম্না মনীপুরী অনুবাদ তৌরী - "হন্দক্কী চীত্রলেখা নোক্লম্মী, চীন্না হাঙ্গবনা লাঙ্গবনী, থবক তৌবা হাঙ্গবসী লুবনী।" অনুবাদকনা 'ঈস বার, হাঙ্গবসীগী অনুবাদ লাঃ৭৪ দা তৌবীরমদ্রে, অদুগা অনুবাদকনা অসুম্না অনুবাদ তৌবীবা ফদ্রা হাঙ্গবসীনী ঃ- চীত্রলেখা নোকখী, "হাঙ্গবদী লাঙ্গবনী, তৌবদী লুরবা থবকনী।" হীন্দী উপন্যাসকার জৈনেন্দ্রকুমারগী 'ত্যাগ পত্র' গী অহানবা লামাঈগী ৱাহৈ পরেঙ খর পীজরী। "নহীঙ ভাঈ, পাপ পুন্যগী সমীখ্যা মুজসে ন হোগী। জজ হুঙ, কানুনগী তরাজুকী মরজদা জাহতা হুঙ।" মমীঙ লৈরবা মনীপুরী অনুবাদক দীনমনীনা অসুম্না হন্দোকঈ: "নত্তে! পাপ পুন্যগী মরমদা থোয়না নৈনজরোয়। ঐ বীচারবতী অমনী, অচুম অরানগী সেরফ্নলাবু মতীকচানা ঈকাঈ খুম্নজে, ........। ওজাসীগী অনুবাদ হাঙ্গজনীঙবদী মখাদা পীরীবা অসুম্না হনবীবা য়ারোয়দ্রা? "নত্তে মরুপ ঈসামক বীচারপতীনী, অচুম-অরানগী নৈনবসু ঐঙোন্দা ওয়রোয়। বীচারপতীনী, আঈনগী ....... বীচারপতীনী, আঈনগী খলগী ঈজ্জত খঙবা মীসকনী।" ত্যাগ পত্রবু মনীপুরী লোনদা 'তোকথোক চে' নত্রগা 'থাদোক চে' হাঙ্গনা অনুবাদ তৌবনা চুন্নরোয়দ্রা?

হীন্দীদগী মনীপুরীদা অনুবাদকী চুনবা লোন থীবদা অমদী ভাব, ৱাখল অমদী অর্থনচীঙবা মাঙহন্দনবা হোতনবদা অনুবাদক্লা লোনগী অচৌবা খুদোঙথীবা কয়া থেঙনরী।

বাঙলাদগী মনীপুরীদা অনুবাদ তৌবদা থেঙনবা সমস্যা খর খুদম ওয়না পীরী ঃ

মুতুম কোয়রেঙনা বঙ্কীমচন্দ্রগী 'কপাল কুন্দলা (১৯৪৮) হন্দোকখী। বাঙলাগী খুতঙ্গ (SL) অমদী মনীপুরী অনুবাদ (TL) অনীগী মতুঙদা অনুবাদক কুনজমোহোননা অসুম্না ফোঙদোকখী ঃ-

"প্রাঙ্গ দুঙ্গ সত ব্যসর পুবর্ব একদীন মাঘ মাসের রাত্রীসেসে একখানী জাত্রীয় নৌকা গঙ্গাসাগর হয়তে প্রত্যাগমন করী তেসীল। পর্ত্তুগীস ও অন্যান্য নাবীকদস্যুরী গের জাত্ররর নৌকা দলবদ্ধ হঙ্গয়া গাতায়াত করাঙ্গ তত কালের প্রথা সীল, কীন্দ নৌকা রোহীরা সঙ্গীহীন।"

বঙ্গীমচন্দ্রগী বাঙগালী উপন্যাস 'কপালকুন্দলা' অসীগী অহানবা পন্দুপকী অহৌবা সরুকপু অনুবাদক মুতুম কোয়রেঙনা মথক্কী পরেঙ অসী অসুম্না হন্দোকঙ্গ - "চহী চনী য়াঙখৈরোমগী মমাঙদা নোঙমগী নুমীতত। অহীঙ মমৈ ওয়রক্লবদা মী তোঙদুনা চতপা হী অমা গঙ্গাসমুদ্রদগী হল্লক্লম্মী। পর্ত্তুগীস অমসুঙ অতোপ্পা হীরোয় দাকুসীঙবু কীবনা মী তোঙদুনা চতপা হীনা সঙ্গু ওয়না চতথোক-চতসীন তৌবসী মতম অদুগী চতনবী পথাপ ওয়না তৌরমঙ্গ, তৌঙ্গগুম্বসুঙ হী অসীনা চতলীবা মীসীঙ অসী মরুপ মপাঙ কাঙ্গনরমল্লে।"

তুঙদা লাকপা অনুবাদক লৈখীদ্রবা অয়েকপম স্যামসুন্দরনা মসীবু অসুম্না হন্দোকঙ্গ ঃ "চহী চনী য়াঙখৈরোম মমাঙদা নোঙমা ৱাকচীঙ থাগী থেঙলবা অহীঙদা জাত্রীকসীঙ তোঙবা হী অমখক গঙ্গাসাগরদগী,

হল্লকঈ। পর্তুগীজ অমসুঙ অতৈ অতোপ্পা ঈসীঙগী দাকুসীঙবু কীবনা জাত্রীগী হীসীঙদু খোঙবু ওয়না চথোক-চতসীন তৌনবসী মতম অদুগী চতনবী ওয়না তৌঈ ; অদুবু তোঙলীবা কাঙবুসীগীদী খোঙলোয় অমত্তা য়াওরমদে।"

বাঙলাগী উপন্যাস শ্রীকান্ত, দুর্গেসনন্দীনী নচীঙবা অয়েকপম স্যামসুন্দরনা মনীপুরী অনুবাদ তৌরে। সতরতচন্দ্রগী 'দেবদাস' রঘুমনী সর্ম্মনা 'বীপ্রদাস' তসলীমা নাসরীনগী উপন্যাস 'ফেরা' (হল্লকপা) মনীপুরী অনুবান তৌরে।

সঙস্ক্রীতগী মনীপুরীদা অনুবাদ তৌবদসু সমস্যা কয়া থেঙনদবা নততে। 'অভীগ্যান সকুন্তলমগী ৭ সুবা অঙ্কদা তাপসীনা সর্বদমনগী মফমদা হাঈখীবা ৱাঙাঙ "পস্যা সকুন্তলা মন্যাম" অসীবু 'য়েঙজৌ ফজরবা উচেকসে' হাঈনা অনুবাদ তৌরবদী ফজবা মাঙনী। মরমদী সকুন্তগী 'সকুন্ত', লাবন্যমগী 'লা' গা অনীনা তীন্নদুনা অঙাঙ ওয়রীবা সর্বদমনগী থম্মোয়দা মমা সকুন্তলাবু নীঙসীঙহন্নবগী সব্দ সেম্মী। অদুনা অনুবাদ ব্রজবীহারী সর্ম্মনা য়াম্না হৈসীঙনা - 'য়েঙঙু সকুন্তলাসীনা ফজরীবসে' হাঈনা রুপান্তর তৌরী লা ঃ ১২৫

মনীপুরীদগী অঙগ্রেজী হন্দোকপা লাঈরীকসীঙগী মনুঙদা ঈলাবস্ত য়ুম্নামগী সৈরেঙ লাঈরীক "নুঙসীত সীতলী উনা লেঙলী" হাঈবা অসীদা য়াওরীবা 'অতীয়া নঙ ঐগী' সৈরেঙগী অহৌবা পরেঙ

ঐদী ওজা নাততপনী সেল পাঈদবা অদুগসু লৈসী লৈথোক্লদুনা হাঈজে মীওয়বনী। লাঃ ১৩

মথক্কী পরেঙসীবু রোবীন এস, ঙাঙোম্না ঈঙরেজীদা অসুম্না হন্দোক্লি ঃ

"I am a teacher, with a torn ear penniless. In spite of that, in flowery language I plaead that I am a human being."

(Anthologies of contemporary)

Poetry from the North East (Page 110)

নাততপথী অর্থ 'নীঙখীবদা হোঙদবা' নত্রগা 'লাঙ্গৈরবনা পত ততপা' হাঙ্গৈবনী। অদুবু ঈঙরাজীদা 'a torn ear' হাঙ্গৈদুনা 'না সেগাঙ্গৈবা' গী ৱাহন্থোক্তা হন্দোক্নুনা কবীনা ফোঙদোক্লীবসীগী তাঙ্গৈয়োনহল্লী।

থাঙজম ঈবোপীসক্কী সৈরেঙ "মায়াদেস" তা য়াওবা 'দালী, হুসেন নত্রগা মঙগী মনম' নুঙসীতকী মচু হাঙ্গৈবা সৈরেঙদা, গীরীস কার্নাদ, ঐগী নুপীনা নঙগী 'চেলুবী ওল্লম্বরা।' লা ঃ৩০

সৈরেঙসীদা এলুজন (Allusion) ওয়না সীজীন্নরীবা করর্নদকী নাতক অমগী লমচত 'চেলুবী' অসীবু অনুবাদক্না নুপাদা চেল্লুরবী নুপী (a stranger women) হাঙ্গৈনা ঈঙরাজীদা হন্দোকঙ্গৈ।

## Indian Literature (Journal)

মনীপুরী ৱাহৈ 'থোঙগ্রা', 'পোলাঙখোক' নচীঙবা ঈঙরাজীদা ৱানা থোক্লী অখঙ অহৈসীঙনা থোঙগ্রাবু Narroe jetty হাঙ্গৈনা চানবা ৱাহৈ থীদুনা হনবা তাঙ্গৈ মসী থীবদা অদুবাদক্কী মফমদা অৱাবা ওয়দবা নত্তে। সৈরেঙগী অনুবাদ তৌবসী খ্বাঙ্গৈদগী হেন্না লুরীবা সমস্যা অমসুওয়রী। মরমদী সৈরেঙদগী অনুবাদ তৌবসী 'পুর্নসর্জন" -অমুক হন্না সেম্বদুনী। ফোর্সনা সৈরেঙগী অনুবাদপু অসুম্না ফোঙদোকখী - "Poetry as the untranslatable element in a language."

অঙগ্রেজীদগী মনীপুরীদা অনুবাদ তৌবদা থেঙনরীবা সমস্যাসীঙদা লোঙজম জয়চন্দ্রনা নত হামসনগী 'পান ঈলীয়তকী' 'দী ৱেসত লেন্দবু' 'খৌগঙলবা' লমদম হাঙ্গবসীদা থেঙনরী। হেমেঙৱেগী দী ওলদ মেন এন্দ সী বু রাজকুমার মনীনা 'হনুবা অমসুঙ সমুদ্র' হাঙ্গনা অনুবাদ তৌরে। রাজকুমার মধুবীরনা এ ফীয়ারৱেল তু আর্মস নচীঙবসু মনীপুরীদা অনুবাদ তৌরে।

সঙস্কৃতী খেন্নবগী মতুঙঈন্না ৱাহৈগী সীজীন্নবদা হাঙ্গবদী অনুবাদ তৌবদা থেঙনরীবা খুদোঙথীবগী খুদম খরদঙ মখাদা পীরী। ঈঙরাজীগী 'Good morning' হাঙ্গবসী মনীপুরীদা 'অফবা অয়ুক' হাঙ্গনা হন্দোকপা য়ারোয়। মসীগী মনীপুরী সমাজদা চতনরীবসী 'খুরুমজরী' হাঙ্গবা তাবনী। ঈঙরাজীগী 'Son-in-law' অসী মনীপুরীদা হন্দোকপদা মতাঙ মতাঙগী মতুঙ ঈন্না নুপীগী মপানা কৌবা তারগা 'মমাক' মনানা কৌবা তারগা 'ময়া' হাঙ্গবগী চতনবী অসীগী মতুঙ ঈন্না অনুবাদ তৌবা তাঙ্গ। মসীগী ওন্ন-তৈনবদা হেক তৌথীবদা সমাজগী চতনবী অদু কাঙ্গরে অমদী অনুবাদক অদুনা TL গী সঙস্কৃতীদু খঙদে হাঙ্গনা লৌগনী। যুরোপকী লমসীঙদদী মচানা মপাগী মমাগী ময়াম্বগী মমীঙ মথা অসী হেক্তা কৌনৈ। অদুবু ভারত অমদী মনীপুরদদী মসীগী চতনবীসু লৈতে। মরম অদুনা অনুবাদ তৌবা মতমদা ঈরল্লীবা লাঙ্গরীক সাহীত্যদুগী SL গী ভাব, ৱাখল অদু মাঙহন্দনা TL গী চতনবী অদুসু থুগাঙ্গদনা অনুবাদ তৌবা তারকঙ্গ। মসীনা তাকপদী অনুবাদ অদুনা মমুত তানা TL গী সঙস্কৃতী খঙবা তাঙ্গ। করীগুম্বা মমুত তাদনা খঙদনা অনুবাদ তৌরবদী অনুবাদকী পোথোক অদু কৈদৌঙৗদসু অফবা ওয়রোয়। অপাবসীঙনসু পান্নরোয়। মরী মতা খঙনবগী অনুবাদ তৌবদা অনুবাদকতৌনা খুদোঙথীবা কয়া থেঙনদবা নত্তে। মনীপুরী 'মাম্মা' হাঙ্গবা ৱাহৈসীগী

খেন্নবা অর্থ অহুম লৈ। হীন্দী ঙাঙনবা সমাজদদী 'মাম্মা' অমখক্তা লৈ হাঙ্গনৈ। হীন্দীদগী মনীপুরীদা অনুবাদ তৌবদা করম্বা মাম্মনো খন্দোকপা অরুবা ওয়দবা নত্তে। হীন্দী ঙাঙনবা জাতীসীঙদদী 'চাচা' হাঙ্গবসী ব্যবহার তৌবা ৱাহৈনী। অদুনা 'চাচা' নেহরু' হাঙ্গবসী নেহরুবু ব্যবহার তৌবা ৱাহৈনী। 'চাচা নেহরু' গী অনুবাদ তৌবদা 'মাম্মা নত্রগা খুরা নেহরু' হাঙ্গনা অনুবাদ তৌবদা SL অদুগী চতনবীদু মাঙহল্লী। চতনবীদু মাঙহন্দবগীদমক্তা 'চাচা নেহরু' হাঙ্গনা অসুম থম্বনা হেন্না চুমবা ওয়। অদুবু মলয়ালম লোন্দা মসীবু অনুবাদ তৌবা তারবদী 'মাম্মা নেহরু' হাঙ্গবনা হেন্না চতনৈ। ফোকলোরগী সক্লোন সীঙগী মনুঙদা মীথ (লাঙ্গতীন) গী ৱারীসীঙ লোন অমদগী লোন অমদা হন্দোকপদা অনুবাদক অদুনা য়াম্না চেকসীনবা চঙবদা নত্তনা জাতী অমগী লৈরীবা মীথক্কী ৱারী অদুগী অচুম্বা স্ত্রকচর অদু থুগাঙ্গবা য়াদে। মদু হেক থুগাঙ্গদুনা হন্দোক্লুবদা মীথ ওয়ররোয়। অনুবাদক অদুনা অনুবাদ তৌবদা transcreation তৌরীবনী হাঙ্গদুনা ৱারী অদুগী Sequence থুগাঙ্গবা য়াদবদা নত্তনা মরুওয়বা চরীত্রদুগী সকওঙ সাদা হোঙবা য়াদে। মরমদী মীথনা জাতী অমগী চতনবী থাজনবীবু অচুম্বনী হাঙ্গনা প্রমান তৌনরীবনী অমদী তাক্লীবনী। মরম অদুনা জাতী অমগী মীথ অনুবাদ তৌবদা অনুবাদক অদুনা জাতী অদুগী সঙস্ক্রীতী ময়েক সেঙবা চঙঙ্গ। মসীদনী অনুবাদ অদুনা থেঙনরীবা সমস্যা অসী। মনীপুরী সমাজগী থাজ ৱারী (লেজন্দ) খুদম ওয়না খম্বা থোয়বীগী ৱারী অসী ঈঙরাজীদা হন্দোকপদা ৱারীসীদা য়াওরীবা মনীপুরী সমাজগী চতনবী, হরাউ-কুম্মৈ কয়াসীঙ অসীগী মসকসীঙ অসী কাঙ্গহন্দনা হন্দোকপা তাঙ্গ। হেক কাঙ্গহল্লুবদা ৱারী অসীগী ফজবা অমসুঙ মনীপুরী জাতীগী সঙস্ক্রীতীগী তোপ-তোপ্পা মসক অদু মাঙখীগদৌরীবনী। অসীদসু নত্তনা খম্বা অমসুঙ নোঙবানগী চরীত্রদা

করীগুম্বা অনুবাদক অদুগী অপান্বা মতুঙ ঈন্না হেক্তা ৱারীদুদা য়াওরীবদু হোঙদোক্তুনা অনুবাদ তৌবা য়াদে। মসীমকসু অনুবাদক অদুনা থেঙনরীবা সমস্যাসীঙগী মনুঙদা অমনী।

## Example :

পান্থে পাউরৌ : মনীপুরী পাউরৌ 'যুমহোঙ তোয়রগা লাঈর তাল্লী' হাঈবসী ঈঙরাজীদা হন্দোকপা তারবদী 'A rolling stone gathers no moss.' হাঈনহনবা তাঈ। অতোপ্পা খুদম খরনা 'থবক ফবদা মৌ অনৌবীগুমঈ' হাঈবসী ঈঙরাজীদা অনীথোক্লা চান্নবা হন্দোক্তুনা য়াঈ : A new broom sweeps clean নত্রগা Fish and visiror are known within three days অসুম্না হন্দোক্তুনা translation literation ওয়না হেক হন্দোক্লুবদা পাউরৌ 'ফম্বা কল্লগা ফমেল ফমঈ' হাঈবসী ঈঙরাজীদা 'Bearing of patience sits phamel' হাঈনা হন্দোকপা তারবদী অর্থ থোক্ত্রে। মরম অদুনা ঈঙরীজী দা চুনবা হাঈবদী 'Patience is bitter but its fruit is sweet'হাঈনা অনুবাদ তৌরবদী অচুম্বা অমদী চান্নবা ওয়গনী। মনীপুরী পাউরৌ 'ৱাতোন্না ৱাঙলগা ক্বাক্লা ফমদেকঈ' হাঈবসী ঈঙরাজীদা 'Prides will have a fall' হাঈনা হন্দোকপা তাঈ। মতৌ অসুম্না হীন্দীদগী মনীপুরীদা, ঈঙরাজীদগী মনীপুরী, বাঙলাদগী মনীপুরীদা অনুবাদ তৌবদা অনুবাদক অদুনা সমস্যা কয়া থেঙনদবা নত্তে। মসীনা তাকপদী SL অমগী সঙস্কৃতী গী মসক ফজনা খঙদনা অনুবাদ তৌবা য়াদে।

মথক্তা পনজশ্লীবা খরা অসীদগী ময়েক সেঙনা তাক্লীবদী অনুবাদ সাহীত্যদা অনুবাদক অমনা তোঙান-তোঙানবা সমস্যাসীঙ থেঙনরী

হাঙ্গবসীনী। পনথ্রীবা খরা অসীদা নত্তনা তোঙান তোঙানবা সমস্যাসীঙ সেমীনর পেপর অসীদা ; পন্দবা কয়া লৈরী। পেপর অসী হেন্না চাউথোকখীগনী খনজবনগী খরতমক খুদম ওয়না পীজরীবনী।

**মতেঙ লৌখীবা লাইরীকসীঙ ঃ**


১) Problems of Translation - H. Lakshmi
Books Links Corporation, Hyderabad.

২) Translation Studies - SUSAN BASSNETT

৩) অনুবাদ সীদ্ধান্তগী রুপরেখা - ৬২
সুরেস কুমার
বানী প্রকাসন দীল্লী

৪) অনুবাদ সীন্ধান্ত
ঔর প্রয়োগ - জী. গোপীনাথ
লোক ভারতী প্রকাসন, ঈলাহাবাদ

৫) অনুবাদ কলা - দাঃ এন,ঈ, বীস্বনাথ অয়য়র
প্রভাত প্রকাসন, দীল্লী

৬) অচসী হীন্দী - রামচন্দ্র বর্ম্মা

৭) মনীপুরী অনুবাদ সাহীত্য - সেমীনার পেপর
মনীপুরী লীতরেরী সোসাইতী, ঈম্ফাল।


---(০)---

# মনীপুরী অনুবাদ সাহীত্যগী ঈতীহাস

*অরীবম কুমার সর্ম্ম*

মনীপুরী অনুবাদ সাহীত্যগী চাউরাকপা ঈতীহাস অমা খুদোল তমজদ্রীঙৈগী মমাঙদা অনুবাদ কলাগী মরমদা ৱাহৈ অমা অনীদঙ পঞ্জরমগে। লুবদগী লুবা আর্ত অমনী অনুবাদ। অনুবাদ সাহীত্য তরাঈ-তরাঈবা সাহীত্য নত্তে। জাতী নত্রগা লোন অমগী সংস্কৃতী অমদী সভ্যতাগী চুঙসীন্নবা সকতমগা ঈরোয়ননা চতপা ৱখল অমদী থম্মোয় অনী চুঙসীন্ননা সেমখ্রবা অনুবাদ সাহীত্যবু তরাঈ-তরাঈনা লৌবা লানগনী।

"কুমজীন্দ সাতপা লৈরাঙগা
কুম্মেদা পানবা হৈরাঙগা

পুন্না উনীঙবা ফাওরবা
স্বর্গ মর্ত্ত্য অনীবু
খাম্ব্রাঙ য়েঙনীঙবা লৈরবা
ফঙগনী সকুন্তলাদা"

*(মনীপুরী অনুবাদ : মীনকেতন)*

মহাকবী কালীদাসকী জগত ফাওরবা 'অভীজ্ঞান সকুন্তলম' পারুরবা মতুঙদা জর্ম্মন কবী গেতেগী থম্মোয়দগী থোরকপা নুঙসী মপাউখোল অসী কালীদাসকী মুল গ্রন্থনা থোকহনখীবা নত্তে, ঈঙরাজী কবী উঈলীয়ম জোন্সনগী অনুবাদনা পীবা খোঙ্হোকনী। অনুবাদ অসীগীসু অমুক অনুবাদ ওয়না শ্রীমীনকেতনগী থম্মোয়গী পাউদম অসীদসু মহাকবী অনীমক্কী কাব্য প্রতীভাগী মঙাল অদু মসানা অদুমক উবা ফঙজরবনী। মসীনী অনুবাদ সাহীত্যগী অবদান। নোঙচুপলোমগী সক্লকপা মহাকবী সেক্সপীয়ারগী ঈসৈনা নোঙপোক লমদমগী থম্মোয় সুম্নহতপা ঙম্লল্লীবসীসু অনুবাদ সাহীত্যগী মতেঙননী। অনুবাদকী মতেঙনা রবীন্দ্রনাথনা বীস্বকবীগী খুভম য়ৌবা ঙমখী। মহাক্কী 'গীতাঞ্জলী' গী মসামক্লা তৌবা ঈঙরাজী অনুবাদকী মতেঙদগী বাঙলা খঙদবা প্রীথীবীগী সাহীত্যকারসীঙনা সৈরেঙ লাঈরীক অসীগী মহাউ তঙবা ঙমখী। ঙসী ঐখোয়না লীওতোলষ্টোয় মাক্সীম গোর্কী, বঙ্কীমচন্দ্র, সরতচন্দ্র, প্রেমচন্দনচীঙবগী মমীঙতা ওয়রবসু তাবা ফঙবা ঙল্লীবা অসী অনুবাদ সাহীত্যগী মপান্ননী। মসীনা সাহীত্য অমগা সাহীত্য অমগা অনীগী মরক্তা পীথোক-পীসীন তৌনবগী খুদোঙচাবা অমা পোকহল্লী। অনুবাদ সাহীত্যগী মতেঙনা কমপরেতীভ লীতরেচরগী ঈহৌ কনখতহল্লী। সাহীত্যগী লমদতা নত্তনা জাতী অমগা জাতী অমগা নুঙসীনহনবদা মসীনা ওখাক তেঙবাঙঙী। সম্না হাঈরবদা অনুবাদ সাহীত্য অসী জাতীয় একতাগী সাদোঙ অমনী। মসী জাতী অমগা জাতী অমগগী সঙস্কৃতী সেতু'নী।

অনুবাদ কদাঈবু কৌঈ ? 'অনু' হাঈবগী অর্থদী 'তুঙদা' অদুগা সঙস্কৃতকী 'বদ' হাঈবগী অর্থনা 'হাঈবা' নত্রগা ৱাঙাঙ - 'তুঙদা হাঈবা'। মসীনী অনুবাদগী সব্দগী ওয়বা অর্থ। করীগুম্বা লোন অমদগী

অতোপ্পা লোন অমদা ৱাহৈগী নত্রগা ৱাখলগী অর্থ হন্দোকপবু চাউরাক্ল। ঐখোয়না অনুবাদ হাঙ্গীনা খঙনৈ। অর্থ অসী হন্দোকপা মতমদা লোন অমদা ফোঙদোক্লীবা অঙ্গীবগী ৱাখলসীঙ অদু নক্লবা মান্নবা (Near equivalent) ৱাহৈ থীরগা অতোপ্পা লোন অমদা ফোঙদোকপা চতনৈ। লোন অমদা লৈবা ৱাহৈগী চপচাবা অর্থ অদু অতোপ্পা লোন অমদা হন্দোকপা সীজীন্নদবা য়াদে হাঙ্গীবা লৈতে। ঈঙগ্রাজীগী Green Chilly গী অর্থবু মীতৈলোন্দা 'অসঙবা মোরোক' হাঙ্গীনা হনবা লানগনী। ঐখোয়গী লোনগী চতনবীদা 'অতেকপা মোরোক' নত্রগা 'মোরোক অতেকপা' হাঙ্গীনা লৈবনীনা Green গী অর্থ অদু অসঙবা হাঙ্গীনা হানবদা অনুবাদ ওয়দে। ঈঙরাজীগী Good morning গী অর্থসু 'অফবা অয়ুক' হাঙ্গীনা হনবা খক ওয়থোক্লোয়। 'গুদ মেনীঙ' হাঙ্গীনা অদুমক থম্বা তাঙ্গী। নত্রগনা 'খুরুমজরী', 'কৌজরী' হাঙ্গীবনচীঙবা মীতৈলোনগী সেলুতেসনসীঙ অসী সীজীন্নবা য়াঙ্গী। অনুবাদ তৌবা মতমদা লোন অনীমক অদুবু লোল্লীবা তোঙান তোঙানবা মীওয় কাঙলুপসীঙ অদুগী সঙস্কৃতী খঙবদা নত্তনা লোনসীঙগী মসাগী ওয়বা মরোল নাঙ্গীনা লৈবা সীজীন্নফম অদু খঙদবা য়াদে। উর্দ্দু অমদী মীতৈলোন্দা সীজীন্নরীবা 'মেজ' হাঙ্গীবসীগা ঈঙরাজীগী 'তেবল' হাঙ্গীবসীগা অনীগী অর্থ চাউরাকপা মীতয়েঙদদী মান্ননা উবা য়াঙ্গী অদুগা পোতসকসু অমত্তা ওয়বা য়াঙ্গী অদুবু সীজীন্নফমগী য়েঙলুরবদী মখোয়গী ব্যুতপত্তীদা খেন্নবগুম অর্থদসু খেন্ননা উগনী। ৱাহৈ অমগী অর্থ অসী সীজীন্নফম মতুঙঈন্না তোঙান-তোঙান তারকপা ঙক্লীঙঙাই ওয়দে। অঙ্ক নত্রগা ভুগোলগী লমদা সীজীন্নরীবা 'তেবল' হাঙ্গীবা ৱাহৈ অসীনা পীরীবা অর্থ 'মেজ' হাঙ্গীবা ৱাহৈ অসীনা পীবা ওয়থোক্তে। ঈঙরাজী rice কী অর্থ মীতৈলোন্দা 'চেঙ' নত্রগা 'চাক' হাঙ্গীনা হনবা চতনৈ। ' ফৌ' হাঙ্গীনদী খক হন্দে। অদুবু "Rice is

grow in Manipur" হাঙ্গবসী মীতৈলোন্দা অনুবাদ তৌবা তারবদী 'মনীপুরদা চেঙ নত্রগা চাক হৌঙ্গ' হাঙ্গনা হনবা য়াদে', ' ফৌ হৌঙ্গ' হাঙ্গনা হনগনী। অঙৌবা সম (পোক) বু White Hair হাঙ্গনা হনবা য়ারোয় Grey Hair হাঙ্গনা হনগনী। Grey Hair হাঙ্গবসীগী অমুক মীতৈলোন্দা হন্দোকপা মতমদসু 'উতমানবা সম' হাঙ্গনা হন্দোকপা য়াদে। Grey অমদী Hair হাঙ্গরীবা ৱাহৈ অনীমক্কী অর্থ হন্দোকপদা মীতৈলোন্দা খঙনরীবা নত্রগা চতনরীবা "পোক' হাঙ্গবসী সীজীন্নবা তারকঙ্গ। মসীনা তাকপদী অনুবাদ তৌবা মতমদা চুম্নগী ৱাহৈগী দীক্সনারীদা পীবা অর্থ অদুতনসু য়াদ্রী। লোন অদুগী চতনবী অদু য়েঙবা তারকঙ্গ। Translation equivalent অমদী grammatical eqivalent থীবা ৱানা থোকপা মতমদা near equivalent থীরগা হন্দোকপা তারকই। সঙস্ক্রীত নত্রগা হীন্দীগী 'প্রাতঃ কাল' নত্রগা 'উসা-কাল' গী অর্থ মীতৈলোন্দা 'অঙনবা অয়ুক হাঙ্গনা হন্দোকপা করীসু কাঙ্গদে অদুবু করীগুম্বা সাহীত্যগী ওয়বা ৱারেঙ-সৈরেঙ অমদদী 'চীঙ্খৈ ফীদুপ হুল্লকপা মতম' নত্রগা 'ক্বাক্লা লানবাউ চেল্লকপা মতম' হাঙ্গনা হন্দোকপনা ফজবা অনুবাদ ওয়গনী। Black Market কী অর্থ হীন্দীদা 'চোর বাজার হাঙ্গনা হন্দোকঙ্গ; অমুবা কৈথেন হাঙ্গদে। মীতৈলোন্দসু 'হুরান কৈথেন' হাঙ্গনা হনগনী। কালা বজার হাঙ্গনসু লোন অনীমক অসীদা অদুম সীজীন্নে। তৌবতবু মসী কাঙ্গনথঙদা সীজীন্নরকথীবা ৱাহৈনী।

লোন অমগী মসাগী লৈজরীবা প্রমান-পাম্বৈ অমদী ৱাহৈ চবুলসীঙ অতোপ্পা লোন অমদা হন্দোকপা অরাঙ্গবা ওয়দে। A drop in the ocean হাঙ্গবা ঈঙরাজী পাউরৌ অসী হীন্দীদা হনবা তারবদী 'উন্তকে মুহমে জীরা' হাঙ্গনা অদুগা মীতৈলোন্দানা 'লোক্তাক্তা থুমহী থাদবা' হাঙ্গনা হল্লী। ৱাহম্বোক অসী সব্দগী অর্থ য়েঙলগা পীবা নত্তে।

ফোঙদোক্লীবা ভাব অদু য়েঙলগা পীবনী। হাঙ্গবদী নুঙগী অর্থ অদু য়েঙলগা হন্দোকপনী। As you sow, so shall you reap কী অনুবাদ 'নঙনা হুল্লগা নঙনা খাউগনী' হাঙ্গনা তৌরবদী অঙাওবা তাগনী। 'নঙনা তৌবনা নঙনা ফঙঙ্গ' নত্র গসু 'ঐনা তৌবনা ঐনা ফঙবা' হাঙ্গবনা অচুম্বা অনুবাদনী। A bad carpenter quarrels with his tools হাঙ্গবসী জগোয় সাবা হৈত্র গা সুমাঙদা তাঙ্গনৈ হাঙ্গনা হনবনা ফজরোয়দ্রা?

হীন্দীদসু অদু মঙাই 'সুনহলা মৌকা' (Golden chance) গী অর্থ 'সনাগী তানজা' হাঙ্গনা হনবা লানগনী। 'মমল য়াল্লবা তানজা' নত্রগা 'তাঙলবা মীকুপ' হাঙ্গনা হল্লগদী মীতৈলোন তারে। 'চীরীয়া ঘর' গী অর্থবু 'উচেক য়ুম' হাঙ্গনা হনগদ্রা? ঈসম সম্না সায়োকসঙ খঙনরী। 'বেতী' হাঙ্গবা ৱাহৈ অসীগী অর্থ ইচানুপী হাঙ্গনা হল্লী। অদুবু 'বেতী' তু আ গয়ী? হাঙ্গবা ৱাহৈপরেঙ অসীগী অনুবাদ 'ঈচানুপী, নঙ লাকলব্রা হাঙ্গবগী মহুত্তা 'ঈবেম্মা, নঙ লাকএদনা' হাঙ্গবনা ফজগনী। 'মেরা লারলা বেতা' (My dear son) গী অনুবাদ মীতৈলোন্দা, 'ঐগী নুঙসীবা ঈচানীপা' হাঙ্গনা তৌবা চুল্লোয়। 'ঈমাগী ঈবুঙঙো নুঙসীবা' নত্রগা 'ঈমাগী নীঙথেম' হাঙ্গনা হল্লবদী লোন অদু কয়ামুক ফজবগে হাঙ্গবদু খঙবা ঙম্মী। মসীনা তাকপদী অনুবাদ তৌবদা target language অদু মমুত তানা খঙদবা য়াদে। মরম অসীনা অনুবাদ সাহীত্যদা মাঙ্গপাক্লবা অঙ্গবসীঙ অসী অয়াম্বনা creative writer ওয়গল্লী। মনীপুরী সাহীত্যাদা খুত থাদ্দ্রীবা অঙ্গবা অমনা মনীপুরী লোনদা অতোপ্পা লোন অমদগী অনুবাদ তৌবা ৱানা থোক্লনী।

মথক্তা অনুবাদ কলাগী ৱাফম খরা সন্নপ্না নৈনখ্রবা মতুঙদা মনীপুরী সাহীত্যদা অনুবাদকী ঈচেল করম্বা মতমদগী করম্না লাকখী অমদী হৌজীক ফাওবদা মসী করম্বা ফীভমদা লৈরী হাঙ্গবদু চাউরাক্লা

নৈনদুনা মসীগী 'ঈতীহাস হাঙ্গৈগদ্রা 'সক্তম' হাঙ্গৈগদ্রা অমা পুথোকপা তাঈ। মহারাজ গরীবনীৱাজ (১৭০৯-১৭৪৮) গী রাজদরবারগী সক্লাঈবা পন্দীত অমা ওয়রম্বা - অঙোম গোপীনা বাঙলা কবী ক্রীতীবাসকী রামাঈয়ন অমদী গঙ্গাদাস সেনগী মহাভারতপু মীতৈলোন অরীবদা হন্দোকলম্মী হাঈবগী ৱাফম লৈরী। মসীদগী মনীপুরী অনুবাদ সাহীত্যগী মরু হুনবা হৌখী হাঈনসু লৌনরী। অদুবু এল অসোককুমারনা ঈবা 'রাম নোঙ্গাবা' হাঈবা ৱারেঙ অদু পারুরগদী ৱাফম অসী খরগা কুপথনা নৈনহন্নীঙলী। ৱারেঙ অসীগী মতুঙঈন্নদী ক্রীতীবাস রামায়নগী তাঙকক তরেত হাঈবদী আদীকান্দ অরন্যকান্দ, কীস্কীন্ধ্যা কান্দ, সুন্দর কান্দ, লঙকা কান্দ অমসুঙ উত্তর কান্দ খেমাসীঙহ তরেত সেলুঙবা কৌবা নীঙথৌগী অচানবা ফম্লাঈবা অমনা সুচীঙদুনা স্যমানন্দ নোঙয়াঈ খুমম্বেম্বা, মুকন্দরাম খোয়ম্না, লখীনারায়ন ঈরোয়বা, রামচরন নোঙথোনবা অমদী লখীনারায়ন সাঈখুবনা বাঙলাদগী মীতৈলোনদা লেঙথোকখীবনী হাঈরী। সাহীত্যগী ঈতীহাস ঈবা অরাঈবা থবক নত্তে। অককুবা মতম লেপ্পসু লুদবা নত্তে। পন্দীত অমনা অদু হাঈরম্মী, পন্দীত অমনা অদা হাঈরম্মী হাঈনা ঙাক্লসু য়াদে। তোঙান-তোঙানবা পন্দীতসীঙগী তোঙান-তোঙানবা মোত লৈবা হৌনসানী। মোতসীঙ অদু চাঙদম্নদুনা কন্না থীজীন-হুমজীনবা অমা চঙঙী। মরুওয়না অরীবা মতমগী সাহীত্যগী ঈতীহাসতা আদীকালগী কবী চন্দরবদাঈগী মতম লেপ্পদা চয়েতনবা অদুম্মক লৈরী। ঈঙরাজীগী অহানবা এপীকনী হাঈনা লৌনরীবা এঙগ্লো সেক্সন পোয়ত্রীগী 'বীয়উল্ফ' ফাউঙবদা ঈতীহাসকী মীতয়েঙদা অখঙ-অহৈ কয়ানা তোঙান-তোঙানবা মোত পীনরীবনী। অনুবাদ সাহীত্যগী ঈতীহাসকী মতাঙদদী অসীগুম্বা খেন্নবা অসী পঙলে-লৈফম থোক্তবনী। নুঙ্গাঈবম গোবীন্দদাসসু 'অষ্টকাল' হাঈবা লাঈরীক

অদুগী অনুবাদ তৌরম্মী। সক ১৭৮১ দা নবানন্দ য়ুবরাজনা রামকৃষ্ণদাসকী 'বীরাত পবর্ব'দগী 'বীরাত সাম্বুপলোন' হাঙ্গবা অনুবাদকী লাঙ্গরীক অমসু পুথোকলম্মী। মসীগী তুঙদা লোঙজম পরসুরামনসু গঙ্গাদাস সেনগী মহাভারতকী 'অস্বমেধ জৈগা' গী অনুবাদ 'লাঙগোয় সগোল থাব' পুথোক্লম্মী। মতৌ অসুম্না মনীপুরী সাহীত্যগী ময়াঙ্গচনবা য়ুগতা মনীপুরী অনুবাদ সাহীত্যগী চাউরাকপা মসক মওঙ খরদী উবা ফঙখ্রে। মনীপুরদা রামান্দী ধর্ম্ম সন্দোরকপগা ঈরোয়ননা রামকাব্য গী ঈচেল অমা অনুবাদ সাহীত্যগী মতেঙনা চঙলকপা হৌখী।

মনীপুরী অনুবাদ সাহীত্যগী ঈতীহাস সেমগতলকপদা বেদ উপনীসদনচীঙবা সঙস্কৃতকী মরুওয়বা লাঙ্গরীক কয়াগী মনীপুরী অনুবাদনা লৌরীবা থৌদাঙ কাউবা য়াদে। লম অসীদা পন্দীতরাজ শ্রী অতোম্বাপু সর্ম্ম বীদ্যারত্নগী মীঙদী নুমীত থানা ঙান্দুনা লৈরীবমখৈদী মনীপুরী অনুবাদ সাহীত্যগী ঈতীহাসতা ঙান্দুনা লৈহৌরগদবনী। পন্দীত অসীনা হন্দোক্লম্বা লাঙ্গরীকসীঙগী মনুঙদা সীঙথানবা য়াবদী শ্রী মদভাগবত গীতা, শ্রী গীতগোবীন্দ, শ্রী রাসপনচাধ্যায় শ্রীশ্রী গোপালসহস্ত্রনাম অসীনচীঙবনী। তসেঙনা হাঙ্গরবদী পন্দীত অসীনা সোক্লমদবা লম অমতা লৈরমদবনী। অতে সীঙথাবা য়াবা পন্দীতসীঙগী মনুঙদা অরীবম ব্রজবীহারী সর্ম্ম, অরীবম গোকুল সাস্ত্রী, হীদঙময়ুম নুতনচন্দ্র সর্ম্ম সাস্ত্রী, ভগীরথ সীঙহ সাস্ত্রী, কালাচান্দ সাস্ত্রী, লৌরেম্বম ঈবোয়াঙ্গমা, তোঙব্রম গৌরমনীনচীঙবা মীঙ পানবা য়াঙ্গ। মহাভারত, রাময়ন, স্মৃতী পুরান, কাব্য অমদী ভাগবদ গীতানচীঙবা ধর্ম্মগ্রন্থ কয়াগী অনুবাদ হাঙ্গরীবা পন্দীতসীঙ অসীগী অচৌবা দান ঙাক্তনী। কালাচান্দ সাস্ত্রীগী 'মনীপুরী মহাভারত', ব্রজগোপাল সর্ম্মগী 'মনীপুরী ভাগবদ' নুতনচন্দ্র সর্ম্মগী 'বাল্মীকী রামায়ন' মতম চাঙনা পুথোরকপা মমল য়াম্বা

অনুবাদকী পোতথোক ওাক্তনী। ব্রজবীহারী সর্ম্মনা সঙস্ক্রীতকী নাতক কয়া মীতৈলোন্দা পুথোকপীদুনা ঈহান হান্না মনীপুরী অনুবাদ সাহীত্যদা নাত্য কলাগী খুদোল তম্বা হৌখী। কলীদাসকী 'অভীগ্যান সকুন্তলম' অমদী 'মালবীকাগ্নীমীত্র', সুদ্রক্কী 'মৃচ্চ্কতীকম' মহাক্কী সীঙথানবা য়াবা খুদোল ওাক্তনী। শ্রী বাসুদেব সর্ম্মনসু 'অভীগ্যান সকুন্তলম' গী মনীপুরী অনুবাদ পুথোক্কুনা থম্বীরম্লে। মতম অসীগী অতৈ নাতককী অনুবাদসীঙগী মনুঙদা পনবা য়াবদী গোকুল সাস্ত্রীনা পুথোকপা ভবভুতীগী 'উত্তররামচরীতম' অমদী শ্রীহর্সগী 'রত্নবলী' লৌরেম্বম ঈবোয়াঈমনা পুথোকপা ভাসকী 'স্বপ্নৱাসবদত্তম' 'প্রতীমা নাতকম' অমদী প্রতীগ্যা য়ৌগধরায়নম'নী। কাব্যগী লমদমসু কালীদাসকী 'মেঘদুত' অমদী 'রঘুবঙস' নচীঙবা মমীঙ চতলবা প্রবন্ধকাব্য কয়াগী অনুবাদ লৈরে। খুমন্থেম গৌরকীস্বরগী 'লৈচীন-দুতী' য়াম্নমক মহৈ য়াল্লবা অনুবাদনী হাঈনীঙঙী। সঙস্ক্রীত অমদী মনীপুরী লোন অনীমক্কী য়ানসীল্লবা, চুঙ-ফীরান চারবা মধুরস চেনবা মসক অমা অনুবাদ অসীদা উবা ফঙই। বঘুবঙস মহাকাব্যগী অনুবাদ অহুম সুরে। ব্রজবীহারী সর্ম্মগী অমা, লৌরেম্ম ঈবোয়াঈবগী অমা অদুগা অতোপ্পা অদুনা কালাচান্দা সাস্ত্রীগী। অহুম্মক সীঙথানবা য়াবা ওাক্তনী। ভক্ত কবী জয়দেবগী গীতগোবীন্দসু সঙস্ক্রীত তগী মনীপুরীদা পন্দীত কালাচান্দ সাস্ত্রীনা হন্দোকপীরম্লে। শ্রী খুমন্থেম মধুমঙ্গলনা তৌবীরম্বা গীতগোবীন্দগী অনুবাদ লাঈরীক মচা অমসু থেঙনবা উরে। তৌবগীদী মসী খনগতলবা সৈরেঙ খরদগীনী। পন্দীতরাজ অতোম্বাপুনা তীকাগা কোন্নানা পুথোকপা 'গীতগোবীন্দম'গী অনুবাদসু থোয়দোক্না সীঙথানীঙাঈনী।

প্রীথীবীগী সাহীত্যদা সঙস্ক্রীত কাব্য সাস্ত্রী তাঙলবা গ্রন্থ কয়ানা অচৌবা মফম অমা কন্দুনা থল্লী হাঈবসী হাঈমনবা থোক্লোয়। নোঙচুপকী

সাহীত্যদা প্লেতোগী 'রীপব্লীক' অমদী এরীস্তোতলগী 'পোয়তীক্স'না লৌরীবা থৌদাঙ অদু নোঙপোক্কী সাহীত্যদা ভরত মুনীগী 'নাত্যসাস্ত্র', আচায়বীস্বনাথকী 'সাহীত্য-দর্পন' আচার্যমম্মতকী 'কাব্য প্রকাস' নচীঙবা লাঈরীকসীঙনা লৌবীবনী। সঙস্ক্রীত কাব্য সাস্ত্রগী মমল য়াম্লবা লাঈরীক খরগী মনীপুরী অনুবাদ লৈরম্বা অসী মনীপুরী সাহীত্যগীদমক্তদী য়াম্না লাঈবক ফবনী হাঙ্গনীঙঙী। হৌজীকফাউবদা ফোঙলবা লাঈরীকসীঙগী মনুঙদা সীঙথানবা য়াবদী গোকুল সাস্ত্রীগী 'সাহীত্য মীঙসেল' (রস অমদী অলঙকারগী তোঙান তোঙানবা সরুক), গুরুঅরীবম সুরচান্দ সম্মগী 'নাত্য সাস্ত্র' অমদী 'অভীনয় দর্পন'নী। মনীপুরী ভক্তী সাহীত্যগী ঈতীস থীগতপদা সঙস্ক্রীত অমদী বাঙলাদগী হন্দোকপা, ভাক্তীরসনা থল্লবা লাঈরীক কয়ামরুম খুদম ওয়না শ্রী রুপ গোস্বামীগী 'তক্তী রসামৃত সীন্ধু'গী ভগীরথ সীঙহন তৌবা অনুবাদ, শ্রী কৃস্নদাস কবীরাজ গোস্বামীনা লেঙবা শ্রীশ্রী চৈতন্যচরীতামৃতগী তোঙব্রম গৌরমনী সীঙহনা তৌবা অনুবাদ, শ্রী নারোওম দাস থাকুরগী 'প্রার্থনা' গী শ্রী হাউবম কুলবীধুনা তৌবা অনুবাদ অমদী বৈসনাপখ পদাবলীগী 'সায়োন সৈখন' মীঙথোনবা শ্রী রাজকুমার সীতলজীত সীঙহগী অনুবাদ মনীপুরী হৌরকখীবা ভক্তী আন্দোলন্না পুরকপা সীঙথানবা য়াবা পোতথোক ঙাক্তনী। চন্দ্রকীতী মহারাজগী হাক্তক্তগী মপান সাত মহৈ য়ানবা হৌখ্রবা ভক্তীগী ঈহৌ অসীনা চুরাচান্দ মহারাজগী মতমদা মপুঙ ফানা সাতকাঈদুনা মনীপুরী সাহীত্যদা ভক্তী সাহীত্যগী মপুঙফাবা ফীরেপ অমা তম্বা ঙমখী। ফীরেপ অসীদা অনুবাদ সাহীত্যনা অচৌবা থৌদাঙ অমা লৌখী।

মনীপুরী সাহীত্যগী ময়াঈচনবা য়ুগতগী হৌনা বাঙলা লোন অমদী সাহীত্যনা মীতৈসীঙগী থম্মোয় খুদুম চনবা হৌখ্রবনী। মীতৈগী

হান্না লৈজরম্বা পুয়া কয়াবু মৈ থাদোকহন্দুনা হীন্দুগী পুরান, স্মৃতীগ্রন্থ নচীঙবা কয়া অনুবাদকী মতেঙনা মনীপুরী সমাজদা মসক তাকপা হৌখীবনী। ১৯ সুবা সতাব্দীগী অরোয়বা সরুক্তা মনীপুরী সাহীত্যদা নবজ্যগরনগী ঈহৌ লাকপা হৌখীবদগী হান্না লৈরম্বা সঙস্কৃত অমদী বাঙলাগী অকনবা প্রভাব অদু অসুম-অসুম, তপ্না-তপ্না মাঙসীল্লকখী। ঈঙরাজী সীকসাগী ফলনা মনীপুরী সাহীত্যবু নুঙসীজবা মীওয়সীঙদা অনৌবা ৱাখল অমা লাকপা হৌরকখী। মনীপুরী সাহীত্যগী আধুনীক যুগতা চাউবা, কমল, দরেন্দ্রনচীঙবনা বাঙলা সাহীত্যদগী ৱাখলগী মখৈদী অনুবাদ তৌবা হৌরে অদুবু ৱাখল অমদী লোন অনীমক্কী অপুনবা অনুবাদকী সক্তবদী নবদ্বীপচন্দ্রগী ' মেঘনাদ তুবা কাব্য' অসীনী। বাঙলাগী ফাউরবা কবী মাঈকেলনা মধুসুদন দত্তগী 'মেধনাদ বধ কাব্য' গী মনীপুরী অনুবাদ অসী লম খুদীঙমক্তা মহৈ য়াল্লবা অনুবাদ অমনী হাঈনা সীঙথানরী। মাঈকেলন অমীত্রখ্যর সন্দদা পুথোক্লম্বা ফজবা অদু নবদ্বীপচন্দ্রনা পায়র সন্দদা কাঈহন্দনা অদুমক থম্বগী হৈসীঙবা উতলী। নবদ্বীপচন্দ্রগী অনুবাদ অসীদা কবী মসাগী ওয়বা লোন সেম্বগী হৈ সীঙবা উবা ফঙঙী। সব্দানুবাদকী মওঙ অর্থনুবাদকী মওঙ নত্তনা অর্থনুবাদকী মওঙনী। দা: বাসীগী মোত্তসু, "মেঘনাদ বধকাব্যগী মনীপুরীদা ওন্থোরক্লীবা সক্তম অসীদা চুম্না অনুবাদ লোন অমদা ওন্থোকপা হাঈবগী মহুক্তা ত্রান্সক্রীয়েসন হাঈবদী নৌহৌননা অমুক কবীগী মতীক ময়াঈনা পুথোক্লবা কলা খুতসেম অমনী হাঈবনা হেন্না চুমগদবা মাল্লী"।

মাঈকেলগী 'মঘনাদ-বধ কাব্য' গী মনীপুরী অনুবাদ হৌজীক ফাওবদা অহুমদী লৈরে। নবদ্বীপচন্দ্রদা নত্তনা নীঙোম্বম ঈবোবীনসু কাব্য অসীগী মপুঙফাবা অনুবাদ অমা থম্বীরম্লে। মীনকেতন্না তৌবীরম্বা অনুবাদতী মপুঙফাবা নতে, সুপ্নতগী তরেতগী তরেতসুবা সর্গ

অদুখক্তগীনী। মীনকেতনগী অনুবাদ অসী ভাৱানুবাদগী ময়েক লারবা খুদম অমনী। বাঙলাগী ফাওরবা উপন্যাসকার বঙ্কীমচন্দ্র অমদী সরতচন্দগী লাঈরীক কয়া মীতৈলোন্দা পুথোরকখীবা অসীসু মনীপুরী অনুবাদ সাহীত্যগী ঈতীহাসতা অনৌবা তাঙকক অমনী। ২০ সুবা সতাব্দীগী অঙনবা সরুক্তা চোঙথোরকখীবা মরৈবাক মজাতীবু নুঙসীবা মীতৈগী অঙ্গীবা খরনা লম অসীদা খুতমাবগী থৌদাঙ লৌবীখী। মীওয়সীঙ অদুগী মনুঙদা ৱাহেঙবম বীরমনী, হাউবম ঈবুঙঙোয়াঈমা, মুতুম কোয়রেঙ অমদী অয়েকপম স্যামসুন্দরগী মীঙ পনবা য়াঈ। ৱাহেঙবম বীরমনীনা হন্দোকপা সরতচন্দ্রগী উপন্যাসসীঙগী মনুঙদা 'চন্দ্রনাথ', বীন্দুগী মচানীপা', 'পরীনীতা' অমদী 'বীপ্রদাস' কী অনুবাদ সীঙথাবা য়াঈ। অঙ্গীবা খরা অসী বাঙলা সাহীত্যবু মুন্না সকখঙবা মীসক ঙাক্তনী। অয়েকপম স্যামসুন্দরনা মনীপুরী অনুবাদ সাহীত্যদা তৌরম্বা দানদী সীঙথাদুনা লোয়বা ঙম গদবা নত্তে। বঙ্কীমচন্দ্রগী উপন্যাসতা মহাক্না সোকখীদববু লৈরম্লোয় হাঈনা খল্লী। মহাক্কী অনুবাদ কলানা ঐখোয়দা বঙ্কীমবু মসক তাকখীবদা নত্তনা মহাক্কী উপন্যাস কলাগী মহাউ অদু লাঈনা তঙবা ঙমহনখী। 'কৃষ্ণকান্তগী উঈল', 'দুর্গেসনন্দীনী', 'বীসবৃস', 'কপালকুন্দলা', 'চন্দ্রসেখর'গী অনুবাদ থোয়দোক-হেন্দোক্না সীঙথনবা য়ারবা মনীপুরী অনুবাদ সাহীত্যগী মচল ঙাক্তনী। সরতচন্দ্রগী অফাওবা উপন্যাস 'দেবদাস' কী অনুবাদসু মহাক্না তৌরম্মী। তসেঙনমক মনীপুরী অনুবাদ সাহীত্যগী অতীয়াদা স্যামসুন্দরদী অরঙবা নুমীতকুম ঙান্দুনা লৈহৌরগদবনী। বঙ্কীমগী 'কপালকুন্দলা' লাম্ছোকপগীদমক্তা মুতুম কোয়রেঙ মমমীঙ চতখী। মহাক্কী অনুবাদ অসী মতম কুঈনা বী.এ. গী থাক্তা তম্ন- লাঈরীক ওয়না লৈখী। সরত- সাহীত্যবু মনীপুরী সাহীত্যগী লৈকোন্দা পু সীল্লকপদা সুরচন্দ সম্মগী দানসু সীঙথানদবা ঙমদে। মহাক্না

হন্দোকপা 'শ্রী কান্ত' গী অনুবাদপু ঐখোয়না করম্না কাউবা ঙমগনী। সামসুন্দরনা বঙ্কীম সাহীত্যবু মপুম ওয়না মনীপুরী অনুবাদ সাহীত্যগী সঙলেন্দা খীন্দুনা থম্বগুম নৌনা ফাওগতলকপা মীতৈ অঙ্গবা অমনা সরত-সহীত্যবুসু সঙলেন অসীগী কাচীন অমদা মফম চান পৈদুনা থম্বীরম্লে। অঙ্গবা অসী অতৈ কনাসু নত্তে-শ্রী এল রঘুমনী সম্মনী। অনুবাদকী লমদা নীঙহন্নবা লৈত্রবা অঙ্গবা অসীনা বাঙলাদেসকী অঙ্গবী তসলীমা নসরীনগী প্রীথীবী ফাউখ্রবা উপন্যাস 'লজ্জা' ফাওবা বাঙলাদগী মনীপুরীদা হন্দোক্তুনা মনীপুরী অনুবাদ সাহীত্যদা অনৌবা ঈনোত পীখ্রবনী। মমীঙ চতলবী অঙ্গবী মহাশ্বেতানা ঈবা 'অরান্যের অধীকার' দগী মহাক্না মনীপুরীদা হন্দোকপা 'উমঙগী হক' হাঙ্গবসীসু সাহীত্য অকাদেবীনা ফোঙদুনা পুথোকখ্রবনী। বীরেন্দ্রকুমার ভত্তাচারজগী সাহীত্য অকাদেবী মনা ফঙখ্রবা আসাবী উপন্যাস 'য়ারুঈঙম' গী মীঙথোল অসীমক্তদা হন্দোকপা মনীপুরী অনুবাদ রঘুমনী সম্মগী সীঙথানবা য়াবা খুদোল অমনী। মহাক্কী অনুবাদকী লাঈরীক্কী মসীঙ অসী নীফুগী মথক্তা লৈখ্রবনী। বাঙলা উপন্যাস সাহীত্যবু সক্তাকপসীঙগী মনুঙদা নোঙথোম্বম কুনজমোহোনগী অনুবাদপুসু কাউবা ঙমলোয়। সাহীত্য অকাদমীনা ফোঙবা রবীন্দনাথকী 'গোরা' অমদী সুভাস মুখোপাধ্যায়গী 'লৈরাঙ সাতলবসু সাতত্রবসু' কুনজমোহোনগী সীঙথানবা য়াবা অনুবাদগী লাঈরীক ঙাক্তনী। 'গোরা' হন্দোকপগীদমক্তা ২০০৪ গী সাহীত্য অকাদেমী ত্রান্সলেসন প্রাঈজ ফঙখ্রবা কুনজমোহোননী। অসীদা নত্তনা তরু নকুমার ভাদুরীগী 'সন্ধ্যা দীপের সীখা' দগী 'সন্ধা থাউমৈগী মৈরী' সু মহাক্না হন্দোকখ্রবনী।

ভারতকী সাহীত্য অকাদেবীনা "রবীন্দ্রনাচোম" গী অহানবা অমদী অনীসুবা সরুক ফোঙদোক্তুনা রবীন্দ্রনাথ থাকুরগী সৈরেঙ-ৱারেঙ

অমদী নাতক কয়াগী অনুবাদগী মসক খরা সক ১৯৭১ দা পুথোকপীখী। মদুনা মনীপুরী সাহীত্যবু হেন্না ঈনাক খুলহন্বদা অচৌবা মতেঙ ওয়হল্লবনী হাঙ্ঈবদা হাঙ্ঈমনবা থোক্লোয়। 'রবীন্দ্রনাথকী ৱারী মচা খরা' কৌবা অনুবাতকী লাঙ্ঈরীক অমসু ১৯৮৮ দা দা: আঙ্ঈ আর বাবু অমদী কুমারী থোয়বীনা পুথোকপীরম্লে। লাঙ্ঈরীক অসীসু অঙ্ঈবা অমদী অঙ্ঈবীগী অচৌবা খুদোল অমনী হাঙ্ঈদবা ঙমদে। নোবেল প্রাঈজ পীরদুনা ঈকায়খুম্নখ্রবা রবীন্দ্রনাথ থাকুরগী 'গীতানজলী' গী মনীপুরী অনুবাদ অহুমনসু সাহীত্য অসী নোপত্রবনী হাঙ্ঈবা তক্লি। অমনা সীনাম কৃষ্ণমোহনগীনী অদুগা অতোপ্পা অমনা মীনকেতনগী অদুগা অহুমসুবনা কে তোম্বীগীনী (১৯৯৮)। মীনকেতনগী অনুবাদ অসীদী বীস্বকবী মসামক্তা তৌরম্বা অঙগ্রেজী অনুবাদতগীনী। অসী 'রুপান্তর' গী মওঙদা পুথোক্লম্বনী।

মনীপুরী অনুবাদ সাহীত্যদা ঈতীল্লরবা সাহীত্যসীঙগী মরক্তা হীন্দী সাহীত্যগীসু অচৌবা খুদোল লৈরী। 'হীন্দী উপন্যাস সম্রাত' হাঙ্ঈনা খঙনবা মুন্সী প্রেমচন্দগী 'গোদান', 'গবন', 'নীর্মলা', 'সেবাদন' নচীঙবগী মনীপুরী অনুবাদ চীঙ্গাঙবম নীসাননা পুথোক্কুনা লৈরে। ভগবতীচরন বর্মগী 'চীত্রলেখা' গী অনুবাদসু লেখক অসীনা পুথোকখ্রে। পেমচন্দগী ৱারীমচাসীঙগী খোমজীনবা লাঙ্ঈরীক অমসু অঙ্ঈবা অসীনা খুদোল তমখ্রে। হীন্দীদগী মনীপুরীদা অনুবাদ তৌদুনা মনীপুরী অনুবাদ সাহীত্যবু য়োকখতলীবা মীওয়সীঙগী মনুঙদা অরীবম কৃষ্ণমোহোন, অরীবম কুমার, এলাঙবম দীনবনী, আই.এস. কাঙজম, সাপম তোম্বা, সীজগুরুময়ুম ব্রজেস্বর, মেঘচন্দ্র হৈরাঙখোঙজম, কোনসম বীনোদ বীহারী, য়াঙ্ঈমা সর্ম্ম, খাঙেম্বম তোমচৌ, সৌগাঙ্ঈজম নবচন্দ্র, কে ঐচ ঈবেতোন দেবীনচীঙবগী মীঙ পনবা য়াঙ্ঈ। জৈনেন্দ্রেকুমারগী উপন্যাস 'ত্যাগপত্র' গী 'থাদোক চে' অমদী মোহন রাকেসকী নাতক

'আসারকা একদীন' গী 'ঈঙাগী নোঙমা' মীঙথোন্দুনা দীনমনীনা হন্দোকখ্রে। 'সাহীত্য অকাদেবীনা মনা পীখ্রবা উর্দ্দু অঙ্গবা রাজেন্দ্রসীঙহ বেদীগী 'এক-চাদর মৈলীসী' দগী মীতৈলোন্দা 'ফীমন খুনবা' হাঙ্গনা হন্দোক্তুনা ফোঙখ্রবা অনুবাদগী লাঙ্গরীক অসীনা কৃষ্ণমোহন সম্মগী মসক অহানবা ওয়না তাকখ্রবনী। মথঙদা মহাক্না পুথোরকখী- হীন্দী অঙ্গবী সীবানী 'কীসনুলী' গী অনুবাদ। অনুবাদ অসীদা সাহীত্য অকাদেমীগী ট্রানসলেসন প্রাঈজসু পীখ্রবনী। কৃষ্ণমোহন অমদী কুমার মমীঙ লৈরবা হীন্দীদগী রেদীয়ো নতক কয়া মনীপুরীদা হন্দোখ্রবা অনুবাদক ঙাক্তনী। কুমার সর্ম্মনা 'হীন্দী ৰারীমচা' মীঙথোনবা অনুবাদগী লাঙ্গরীক অমা সক ১৯৯৪ পুথোকখ্রে। ধমবীর ভারতীগী 'সুরজকা সাতৱা ঘোরা' হাঙ্গবা উপন্যাসকী 'নুমীতকী তরেতসুবা সগোল'(২০০১) হাঙ্গবমসু পুথোকতুনা সাহীত্য অকাদেমী ত্রানসলেসন প্রাঈজ(২০০৩) ফঙবা ঙমখ্রে। মহাক্না হীন্দীদগী মনীপুরীদা হন্দোকপা রেদীয়ো নাতক কয়াগী মনুঙদা সীঙথানবা য়াবদী মোহন রাকেসকী 'আধে অধুরে', গীরীস কনার্দকী 'তুঘলক' নী। নাতক কী লমদা সীঙথানবা য়াবা দা: দীনমনীগী অনুবাদ খরসু লৈহৌরী। ধর্ম্মবীর ভারতীগী প্রীথীবী ফাউরবা লীলা 'অন্ধাজুগ' গী অনুবাদ - 'অমম্বা জুগ' দীনবনীনা মনীপুরী সাহীত্যদা তম্লম্বা অচৌবা খুদোল অমনী। গীরীস কনার্দগী 'হয়ৱদন' সু মহাক্না মনীপুরীদা 'কোক সগোল' হাঙ্গদুনা হন্দোকখ্রে। মসীগীদমক সক ১৯৯৫ তা মহাকসু সাহীত্য অকাদেবী ত্রান্সলেসন প্রাইজ ফঙবা ঙমখ্রবনী। ভারতকী সাহীত্যসীঙদগী খনগতলবা ৰারী মচা খরগী অনুবাদ তৌদুনা দা: সাপম তোম্বনসু ৰারী মচাগী লাঙ্গরীক অমা মনীপুরী অনুবাদ সাহীত্যদা খুদোল তমখ্রে। লম অসীদা সীঙথাদবা ঙমদবা মনীপুরী অনুবাদক অমসু লৈহৌরী। মহাক অদুদী দাঃ আঙ্গ এস কাঙজমনী। মহাক্না প্রেফেসর

জৱাহর সীঙহগী 'উসকা ফৈসলা তথা অন্য কহানীয়াঙ' হাঈবা হীন্দীগী ৱারী মচাগা লাঈরীক অদুগী 'মহাক্কী ৱারেপ অমসুঙ অতৈ ৱারীমচাসীঙ' হাঈনা মীঙথোনবা অনুবাদ পুথোকখ্রবনী। মসীদা সাহীত্য অকাদেবী ত্রান্সলেসন প্রাঈজ (১৯৯৮) সু ফঙখ্রবনী। হীন্দীদগী মনীপুরীদা হন্দোকপসীঙগী মনুঙদা দা: লনচেনবা মীতৈগীসু অচৌবা অবদান লৈতবা নত্তে। হন্দোকপা মখল মখা কয়াগী লাঈরীক মথঙ-মথঙ পুথোক্লরক্নী। পনবা য়াবদী সঙ্কর সৈনগী নাতক্ 'এক ঔর দ্রোনাচার্জ দগী মেঘচন্দ্র হৈরাঙখোঙজমনা হন্দোকপা 'অতোপ্পা দ্রোনাচার্জ অমা (১৯৯৯), কুসৱাহা কান্তগী 'নীর্মোহী' হাঈবা উপন্যাসতগী খাঙেম্বম তোমচৌনা হন্দোকপা 'নুঙসী হৈতবী থম্মোয়', কোন্সম বীনোদবীহারীগী 'দুর্গাদাস' (প্রেমচন্দগীদগী), অনন্ত গোপাল সাৱরেগী 'নীসাগীত' তগী ঈবেতোননা হন্দোকপা 'অহীঙগী ঈসৈ', কমলেস্বরগী মমীঙ চতলবা উপন্যাস 'কালী আন্ধী' দগী সীজগুরুময়ুম ব্রজেস্বরনা হন্দোকপা 'তমথীবা নোঙলৈ' বীসনুপ্রভাকরগী 'নবপ্রভাত' তগী কর্ত্ত সনানা হন্দোকপ 'অনৌবা অয়ুক' (২০০৩), য়াঈমা সর্ম্মনা ব্রীন্দাবন লাল বর্মাগী 'ম্রীগনয়নী' দগী হন্দোকপা মীঙথোল অসীমক্কী উপন্যাস, নবচন্দ্রনা রামকুমার ৱর্মাগী 'সীন্দুরকী হোলী', দগী হন্দোকপা 'সীন্দুরগী হোলী' অমদী বতসরাজ উদয়নদগী হন্দোকপা 'বতসনীঙথৌ' নচীঙবনী। অতোপ্পা দ্রোনাচার্জ হাঈরীবা লাঈরীক অসীদা সক ২০০২ গী সাহীত্য অকাদেবী ত্রান্সলেসন প্রাঈজ ফাওবা পীখ্রবনী।

মনীপুরী অনুবাদ সাহীত্য মসক তাকপদা ঈঙরাজী সাহীত্যগী খুদোলসু সীঙথাদবা ঙমদে। সেক্সপীয়ারগী লীলা অয়াম্বা জীসী তোঙব্রানা হন্দোক্নুনা থম্বীরম্লে। ঈবসেনগী 'এ দোলস হাউস' কী মনীপুরী অনুবাদসু মহাক্না পুথোকপীরম্লে। দা: আই. আর. বাবুগীসু লম অসীদা অচৌবা

দান অমা লৈরবনী। সোফোক্লীসকী অন্তীগোনেগী অনুবাদ অমদী সেক্সপীয়ারগী জুলীয়াস সীজরগী অনুবাদতা নত্তনা আর কে নারয়ন গী 'দ গাঈদ' কী 'লমজীঙবা' (২০০৩), অরুন জোসীগী 'দ স্ট্রেনজ কেস ওফ বীল্লী বীস্বাস' কী বীল্লী বীস্বাসগী অঙকপা কেস' (২০০৩), মহাক্কী কাউঙম্লরোয়দবা খুদোল ঙাক্তনী। ঈঙরাজীদগী মনীপুরীদা হন্দোকপসীঙগী মনুঙদা মাঙ্গবম ঈবোচৌবগী মীঙসু পনবা য়াঈ। শ্রীমতী রীনা পেন্তলগী 'লীঙ্ক ঈন দ ব্রোকন চেন'দগী হন্দোকপা 'ততলবা য়োহীঙলক্তা সমজীন্নবা', (১৯৯৭), শ্রী মতী ঈন্দীরা অনন্ত কৃসন্‌গী 'রীপলস ঈন রীভর' দগী হন্দোকপা 'তুরেলদুগী ঈথক ঈপোম (২০০০) অনুবাদ অসীগী সীঙথানীঙঙাঈ ওয়বা খুদোল ঙাক্তনী। জোন গ্রেগী 'দ বোরদর লীজন' হাঈবা উপন্যাসকী ঙমখৈ লাম্মী তেঙ্গোল (১৯৯৮) হাঈবা অনুবাদ অসীসু মহাক্কী সীঙথানবা য়াবা খুদোল অমনী। অঈবা অসীগী অনুবাদ কলাদা থৱাঈ য়াওজবগী পরীচয় অমা লাঈরীকসীঙ অসীনা পীরী। মীনকেতন্না পুথোকপীরম্বা সেক্সপীয়ারগী 'দ রেপ ওফ লুক্রেসী' গী অনুবাদ 'লুক্রেদী ফম্লানবা' হাঈদুনা মীতৈলোন্দা লৈরে। মীনকেতনগী অনুবাদ অসী মনীপুরী অনুবাদ সাহীত্যদা মাঙ্গলসেতান অমনী হাঈনা লৌবা ফাওবা য়াঈ। ঈঙরাজী কবী তী এস এলীয়তগী 'ৱাস্তলেনদ' গী মনীপুরী অনুবাদ লোঙজম জয়চন্দ্রনা পুথোকপীখ্রে। সেক্সপীয়ারগী 'ওথেলো' (১৯৬৪) গী চোঙথাম সমরেন্দ্রনা তৌরম্বা অনুবাদসু সীঙথাবা য়াঈ।

ঈঙরাজী লোন্দাগী মনীপুরীদা হন্দোকপগী থবক অসীদা য়াম্লমক মাঈপুনখীবা অঈবা অমদী রাজকুমার মনীনী। হেমীঙৱেগী ফাওরবা উপন্যাস 'দ ওল্‌দ মেন এন্দ দ সী' গী 'হনুবা অমসুঙ সমুদ্র' (১৯৯১) হন্দোকখ্রবা মতুঙদা রাজকুমার অসীনা ওক্তোভীও পাজগী সৈরেঙসীদা

য়ুন্থম ওয়বা 'কাঙ্গরবা ঈসীঙ পুন' (১৯৯৫) কৌবা অনুবাদকী লাঈরীক অমসু পুথোকখ্রে। সঙস্ক্রীত কবী জয়দেবগী 'গীতগোবীন্দম' গী অনুবাদসু ঈঙরাজীদগী মীতৈলোন্দা হন্দোক্তুনা ফোঙখ্রে। লোয়ননা মরাথীগী ফাওরবা অঙ্গবী ঈরাবতী কারবেগী 'য়ুগান্ত' গী অনুবাদসু পুথোকখ্রে। মসীগীদমক সক ২০০১ দা সাহীত্য অকাদেমী ত্র ান্সলেসন প্রাঈজ ফঙবা ঙমখী। মহাক্কী হোমরগী 'ওদীসী' গী অনুবাদ তসেঙনমক অচৌবা প্রয়াস অমনী। ঈঙরাজীদগী মনীপুরীদা হন্দোক্তুনা সক্তাকপা ঙমখ্রবা অনুবাদকসীঙগী মনুঙদা এলাঙবম সোনামনী, হীজম গুননচীঙবগী মীঙসু পনবা য়াঙ্গ। সোনামনীগী বঙ্কীমচন্দ্রগী 'কৃসনচরীত' (২০০০) অমদী চন্দীদাস (১৯৯৩) গুনগী দাক্তর সুকুমার সেনগী 'হীস্ত্রী ওফ বেঙগোলী লীতরেচর দগী হন্দোকপা 'বাঙলা সাহীত্যগী ঈতীহাস' সীঙথাবা য়াবা অনুবাদকী পোতথোক ঙাক্তনী। গুনদী সাহীত্য অকাদেবী ত্রান্সলেসন প্রাঈজ (১৯৯৩) ফাওবা ফঙখ্রবনী। অনী অসীদা নত্তনা লৈহৌরী অতৈ হন্দোকলোয় কয়ামসু। মখোয়গী মনুঙদা সীঙথানবা য়াবদী এল বীরেন্দ্রকুমার সর্ম্ম, এল দামোদর, ভমেন্দ্র লোঙজম, বীজয় ঈরেঙবম, রাজকুমারী স্বর্নলতা, বী এস রাজকুমার, এম ভানুমতী, এস বীরমঙ্গল নী। বীরেন্দ্রকুমারগী 'দাক্তর ফোসতস', দামোদরগী 'সখারম বাঈন্দর' (বীজয় তেন্দুলকরগী) ভানুমতীগী 'খুনুসীঙগী লানজেন' (রস্কীন বোন্দগী এ ফ্লাঈত ওফ পীজনসতগী) বীজয় অমদী ভবেন্দ্রগী ওমর খায়ামগী 'রুবাহয়াত' অৱাঙবা থাক্কী অনুবাদ ঙাক্তনী।

মনীপুরী অনুবাদ সাহীত্য মপুঙ ফারে, হাঈবদী য়াদ্রী। উপন্যাস, ৱারীমচা, নাতক, কাব্যনচীঙবা মখল কয়া সুরেদী হাঈববু মসীঙ য়ামদ্রী। সঙস্ক্রীত, বাঙলা, হীন্দী অমদী ঈঙরাজীদগী নত্ত্রগা ভারতকী মরুওয়বা লোন ঈহৌ লাকহন্নীঙলী। সাহীত্য অকাদেমীনা ত্রান্সলেসন

প্রাঙ্গীজনচীঙবা পীদুনা সাহীত্য চাওখতনবা লৌখতলকপা থৌরাঙ অসীনা লম অসোমদা অচৌবা উতসাহ্ অমদী ওয়রবনী। য়ামনা থুনা ভারতকী অতৈ সাহীত্য লৈকোন্দগী লৈরাঙ মখল সুনা ঐখোয়গী সাহীত্যদা তীল্লরগনী হাঙ্গীবগী থাজবা লৈ। ভারত অমত্তনী হাঙ্গীবগী নুঙসীবা সুর অমা মসীনা সোয়দনা থোকহল্লরগনী মনীপুর লোনবু ভারত সঙবীধানগী ৮ সুবা সীদ্যুলদা চনখ্রবা মতুঙদা সাহীত্য অসীবু চাওখতনবা সরকারগী থৌসীন থৌরাঙ কয়া সোয়দনা লৈফম থোকঈ। মসীগী খুদোঙচাবা লৌদুনা মরী লৈনবা বীভাগনা মনীপুরী অঙ্গীবসীঙদা অনুবাদ তৌনবগী থৌঙ্গীসীন পীনবা হোতনবা চুল্লবনী। করীগুম্বা লোন অমগী সাহীত্য চাওখতলে হাঙ্গীবসী লোন অদুদা অতৈ লোনদগী হন্দোকপা সাহীত্যগী লাঙ্গীরীক কয়া লৈরবতদা খঙবা ঙমগনী। হৌজীক লৈরীবা ফীভম অসী য়েঙলুরগদী মনীপুরী অনুবাদ সাহীত্যগী তুঙগী আসা চাউনা লৈরী। মসীগী ঈচেল অসী য়াঙবা য়াঙ্গী, তপ্পা য়াঙ্গী, লেপ্পী লেপ্লোয়। অরুবা অমত্তঙবু সাহীত্য অসীগী থাক (মমল) লেপ্পা অসীনী। মতম ঙাঙ্গীবা তাঙ্গী।

---(০)---

# সঙস্খ্রীত, বাঙলা অমসুঙ ভারতকী অতৈ লোনসীঙগী সাহীত্যগী মনীপুরী অনুবাদনা মনীপুরী সাহীত্যদা পীবা ঈথীন

- আঈ এস কাঙ্জম

নক্লবদগী, তোতন-তীন্নবদগী অমনা অমদা ঈথীন পীবা মহৌসাগী লোনচতনী। হীরম খুদীঙমক্তা অমনা অমগী ঈব্রাঈ-ঈনীন্না পীবা হাঙ্গবসী হেক্তা থোকঈ। মীওয়বগী লমচত-সাজত্তা হেন্না ঈথীন পীনবগুম মীওয়বগী থম্মোয় অমদী ব্রাখনগী খুদোন ওয়রীবা কলা অমদী সাহীত্যদসু অমনা-অমদা য়াম্না ফজনা অদুম ঈথীন পী। ঈথীন অসী খঙনা পীবা অমসুঙ খঙদনা, মওঙ অনীমক্তা অদুম লৈ।

কলা অমদী সাহীত্যবু পামজবা মীওয়সীঙনা পামজবা লমসীদা চঙসীল্লী, থীজীল্লী অমসুঙ নৈনৈ। মসাগী ওয়বা কলা অমদী সাহীত্যবু খঙনবা হোতনৈ, পাকথোক-চাউথোক্লবা থৌদাঙ কয়া পাঙথোকঈ। লোয়ননা অতোপ্পগীসু খঙননবা হোতনদুনা মসানা পামজরীবা অদুগী লৌসীঙগী পুক্কে হেনগতহল্লী। অসুম তৌবনা অতোপ্পদুগী ঈব্রাঈ-ঈনীন্না ঈসাগীবু পাকথোক-চাউথোকহনবদা মতেঙ কয়াসু পী। কলা অমদী সাহীত্যদদী হান্না মাঙজীন থাখ্রবা অদুগী অমদা অমগী মমী হেক্তমক অদুম তাঈ। সাহীত্যদী মসাগী ঙমখৈ পাক-চাউবনা মমী তাবসী অমুক্তা

হেল্লী। মমী তাবা অসীবুনী ওসী ঐখোয়না ঈথীন পীবা হাঙ্গীবসী।

সাহীত্যগী লমদা লোন অমগী সাহীত্যনা অতোপ্পা লোন অমগী সাহীত্যদা ঈথীন পীবসী লম্বী অনীখক্তনী। অতোপ্পা লোনগী সাহীত্যবু পাবুবা অমদী নৈনবুবদগী ফঙলকপা লৌসীঙ অদু ঈরোনগী সাহীত্য সেম্বা মতমদা খঙনা নত্রগা খঙদনা সীজীন্নবা অমা, অদুগা অতোপ্পা লম্বী অমনা অতোপ্পা লোনগী সাহীত্যবু হন্দোক্লোয় কয়া ঈরোন্দা হন্দোকপসীঙ পাবুবা অমদী নৈনবুবদগী, অদুদগী ফঙলকপা লৌসীঙ অদু ঈরোনগী সাহীত্য সেম্বদা খঙনা নত্রগা খঙদনা সীজীন্নবা। পুথোকচরীবা চে অসী অনীসুবা লম্বী অসীগী মতেঙনা সঙস্ক্রীত, বাঙলা, হীন্দী অমদী ভারতকী অতৈ লোনসীঙগী সাহীত্যগী অনুবাদনা মনীপুরী সাহীত্যদা করম্বা ঈথীন পীবগে হাঙ্গীবদু থম্বনী।

ভারতকী লোনসীঙগী সাহীত্যবু মনীপুরীদা হন্দোকপসী বাঙলাদগীনা খ্বাঙ্গীদগী মসীঙ য়াম্মী। বঙ্কীমচন্দ্র, রবীন্দ্রনাথ অমদী সরতচন্দ্রবু হৌজীক্কী মনীপুরী অপাবসীঙ অমসুঙ সাহীত্য সুবসীঙনা মসক খঙলীবসী মপুঙদা মখোয়গী সাহীত্যবু মনীপুরীদা হন্দোক্লীবা অসীদগীনী। সঙস্ক্রীতকী ক্লাসীক ওয়রবা লাঙ্গীরীক খরা মনীপুরীদা হন্দোক্লীবা অসীনা ঐখোয়বু সঙস্ক্রীত সাহীত্যগা সকখঙনহল্লে। অদুবু মপুঙ ফাবা হাঙ্গীবদুদী ওয়দ্রী। হীন্দী সাহীত্যদগীসু হন্দোকপা খরা মখৈদী মরৈরে, অদুবু পাক-চাউরবা হীন্দী সাহীত্যবু মসীনা ময়েক সেঙনা খঙহনবদী ঙমদ্রী। ভারতকী অতৈ লোনসীঙগী সাহীত্যদী মনীপুরীদা ঈহন হন্দোক্তবগুম তৌরী। ৱারীমচা অমদী সৈরেঙদা অচোয়বা ওয়না খরদী উবা ফঙলে। অসমীয়া, ওরীয়া, উর্দু, কন্নদ, কাস্মীরী, কোঙ্কনী, গুজরাতী, তমীল, তেলুগু, দোগরী, নেপালী, পনজাবী, মলয়ালম, মরাথী, মৈথীলী, রাজস্থানী,

সীঙ্ঘীনচীঙবা ভারতকী লোনসীঙগী ৱারীমচাসীঙ মনীপুরীদা হন্দোখ্রে (অতোপ্পা লোনগী ৱারীমচা)। লাঙ্গরীক ওয়না ফোঙখ্রে। ৱারীমচা অমদী সৈরেঙ খরসু মনীপুরীদা হন্দোক্কুনা সাহীত্যগী চেফোঙ খরদা ফোঙদোকপা থেঙনখ্রে। অসমীয়া (য়ারুঈঙম) অমদী তমীল (ওরু কাবেরীয়াঈপ পোলো) গী উপন্যাস অমমম; মরাথী (সখারাম বাঈন্দর) অমদী কন্নর (গীরীস কর্নাদ কী লীলা খরা) গী নাতক খরগী মনীপুরী অনুবাদ ঐখোয় উবা ফঙখ্রে। হাঙ্গরীবসীঙ অসী লোন-লোন অদুদগী হকথেঙননা হন্দোরকপা নত্তে। ঈঙরাজী, করীগুম্বদা বাঙলাগী খুতথাঙ্দগী হন্দোরকপনী। হাঙ্গরীবা অসীনা হৌজীক্কী মনীপুরী সাহীত্যসীদা করী ঈথীন পীবগে হাঈবদুদী ৱাহঙতমক ওয়দুনা লৈখীগনী।

মনীপুরী সাহীত্যদা লোনসীঙগী সাহীত্যনা ঈথীন পীবদী হৌজীক ফাউবগী ওয়নদী বাঙলা, সঙস্ক্রীত অমসুঙ হীন্দী সাহীত্যগী অনুবাদখক্তননী হাঈনীঙঙী। মনীপুরী সাহীত্যগী করম্বা অঈবা অমদী মহাক্কী সাহীত্যদা করম্বা লোনগী অমদী করম্বা অঈবগী করম্বা সাহীত্যগী কনানা তৌবনা করম্বা মওঙগী ঈথীন পীবগে হাঈবদুগী লুনা থোক্কনী। হৌজীক ঐখোয়না য়েঙগদবদী য়াম্মা পৌবা মওঙদা লোন অহুম অসীগী সাহীত্যগী মনীপুরী অনুবাদনা করম্বা মওঙদা মনীপুরী সাহীত্যদা ঈথীন পীবগে হাঈবসীনী।

সঙস্ক্রীত, বাঙলা অমদী হীন্দী লোনবু মমুত তানা খঙদবা, করীগুম্বা খঙলগসু লোনসীঙ অসীদা ঈবা সাহীত্য পানবা অমদী নৈনবগী খুদোঙচাবা ফঙদবসীঙদা অনুবাদকী সাহীত্য পাদুনা অমদী নৈনদুনা লৌসীঙ তানসীল্লী। মখোয়না তানসীনখীবা লৌসীঙ অদু মখোয়না মনীপুরী সাহীত্যগী ওয়বা খুত থারকপদা খঙনা নত্রগা খঙদনা সীজীন্নে। মনীপুরী সাহীত্যগী ময়াঈচনবা মতমদা ক্রীত্তীবাসী রামায়ন অমদী

গঙ্গাদাস সেনগী মহাভরতকী তাঙকক কয়া মনীপুরীদা হন্দোকপা (এদাপতেসন) অদুগী মমী হৌজীক্কী মতমগী (মোর্দন) মনীপুরী সাহীত্যদা ফজনা তাঈ। ভারতকী লোনসীঙগী অঙনবা অমদী ময়াঈচনবা মতমগী সাহীত্যদী ফীদমদা য়ুম্ফম ওয়বনী। হৌজীক্কী মতমগী অঙনবা সরুক্কী মনীপুরী সাহীত্যদা পাকসন্না থেঙনরীবা ফীদম অমদী নীতী-নীয়ম অমসুঙ ধর্ম্মদা অচেতপা থাজবা থম্বগী মসক অমা থেঙনরীবসী ময়াঈচনবা মতমগী অনুবাদ সাহীত্যসীদগী খঙনা নত্রগা খঙদনা তারকপা মমীনী। মসী ময়াঈচনবা মতমদা তৌখীবা অনুবাদ সাহীত্য অসীগী মমল য়াম্লবা খুদোন্নী হাঈবদা হাঈমনবা থোক্লোয় হাঈনীঙঙী।

হৌজীক্কী মতমগী ময়াঈ চল্লকপা মতমদগীনা হৌজীক ফাউবদা মনীপুরী সাহীত্যদা থেঙনরীবা খুতঈ অমদী খুতফোঙদোক্কী অহোঙবা মসক অসীদা অনুবাদকী ঈথীন য়াওঈ। হৌজীক্কী খুতঈদা থেঙনরীবা অসেঙ-অসেঙবা মসক (রীয়ালীতী) থম্বগী চতনবী অসীদা অনুবাদকী ঈথীন চাউনা লৈ। অনুবাদখক্তনা ঈথীন পী হাঈবদী য়ারোয়, অদুবু হকথেঙননা অতোপ্পা লোনসীঙ অসীগী সাহীত্য পারুবা অমদী নৈনবুবগী খুদোঙচাবা ফঙদবসীঙদদী অনুবাদ সাহীত্যনা য়াম্না চাউনা ঈথীন পী। অনুবাদ সাহীত্যনা চাউখতলক্লীবমখে লোন্দু সাহীত্যনা চাউখতপদা অচৌবা মতেঙ পী হাঈরীবসী লোন্দুদা লাঈরীক্কী পুক্কে চোলহনবখক্তনা নত্তে। হেন্না মরু ওয়রীবদী অনুবাদ সাহীত্য অদুনা লোন্দুগী অঈবসীঙনা পীবা ঈথীন্দুনী। মনীপুরী সাহীত্যগী করম্বা অঈবদা অমদী মহাক্কী করম-করম্বা পোতথোক্তা করম্বা লোনগী করম্বা অঈবগী মমী তাবগে নত্রগা কনানা কনাদা ঈথীন পীবগে হাঈবদুদী লুনা থোক্কনী। ঈথীন্দী সোয়দনা পী। ঈথীন ফজনা পীরবা ফাওবদা ঐখোয়গী অঈবসীঙনা পুকচেন সেঙনা মসানা মঙোন্দা অদুগুম্বা লোন্দুগী কনাগুম্বা অঈবদুগী ঈথীন চঙঙী হাঈবসী হাঈরক্কদবা অমদী য়ারক্কদবা মান্দে। মরমদী ঈথীন পীবগী

অয়াম্বনা নাকোয়ননা পীবনা অঙৈবা মসানা খঙজদবা য়াওঙৈ, অদুগা খঙলগসু হাঙৈনীঙদবা অমদী য়ানীঙদবসু লৈ।

মনীপুরী সাহীত্যদা ভারতকী লোনসীঙগী সাহীত্যনা পীবা ঈথীনসী বাঙলাগী অনুবাদনা পীবনা ঈহেন হেনগনী। অয়েকপম স্যামসুন্দর সীঙহনা হন্দোকপা বঙ্কীমগী উপন্যাসসীঙনা নৌনা খুত থারকপা মনীপুরী উপন্যাসকার খরদদী ঈথীন ফজনা পীবা লৈখী, অদুবু কনাদা করম্বা ঈথীন লৈবনো হাঙৈবদুদী হাঙৈবদা লুনা থোকঈ। হৌজীক্কী মতমদা সঙস্ক্রীত সাহীত্যগী অনুবাদনা পীবা ঈথীন্দী য়াম্না ৱাতসীল্লক্লে। হীন্দীদগী হন্দোকপা সাহীত্যগী ঈথীনসু তাদবদী নত্তে। অসীদসু ময়েক সেঙনা ফোঙদোকপদা ৱাবগী ৱাফম অমদী অদুম লৈ। লোনসীঙ অসীগী হেন্না ফবা অমদী মসক নাঙৈবা সাহীত্যগী পোতথোকসীঙ লেপ্পা লৈতনা অনুবাদ তৌদুনা ঐখোয়গী লোন্দা পুসীল্লকপগী খোঙজঙ য়াঙসীল্লগদী খঙনা নত্রগা খঙদনা হেন্না ঈথীন পীদুনা মনীপুরী সাহীত্যনা খুমাঙ চাউসীনবদা হেন্না মতেঙ পাঙগনী। হাঙৈরীবা ৱাফমসী অনুবাদ সাহীত্যনা লোন অমগী সাহীত্য চাউখতহনবদা ঈথীন সুকসোয় সোয়দনা পী, চাঙ য়াম্বা য়ামদবনা ৱাফম অমনী। হৌজীক্কী মনীপুরী সাহীত্য অসীগী ওয়রীবা মসক অসীদা সঙস্ক্রীত, বাঙলা অমসুঙ হীন্দী (ঈঙরাজীসু য়াওনা) দগী হন্দোকপা সাহীত্যনা খুদম-চাঙদমদী পীবা ৱারবসু ঈথীন্দী অদুম পীরবনী। মসী মহৌসাগী লোনচতনী।

পুথোকচরীবা চে অসী ভারতকী লোনসীঙ অসীগী সাহীত্যগী মনীপুরী অনুবাদনা মনীপুরী সাহীত্যদা ঈথীন খরদী পী হাঙৈবদুগী ৱাফম অমা ময়ামগী মাঙদা থম্বখক্তনী। মখা তানা কুপ্না নৈননবা চে অসী মীয়ামদা লাম্থোকচরী।

---(০)---

# মনীপুরী হন্দোকপা সাহীত্য : আসা অমদী সমস্যা

- এলাঙবম দীনমনী

মনীপুরী হন্দোকপা সাহীত্য অসী য়াম্না কুঈরবা মতমদগী চথরক্লী। অফঙবা প্রমানগী মতুঙ ঈন্না খ্রসতকুম ১৭৪১, নীঙথৌ গরীবনীৱাজ (পানখীবা মতম - ১৭০৯ - ১৭৪৮) গী সনাহাক্তাক্তা স্বরুপানন্দনা (মহাকসী সর্ব্বানন্দ হাঈবসী হাঈনবসু য়াওঈ) 'চরাঈরোঙবা খুনকুম' কৌবা লাঈরীক অমা পুথোকখী। চানক্যগী শ্লোক খরগা অতৈ শ্লোক খরগা মীতৈরোনদা হন্দোক্কুনা হাপ্পনী। পুন্না শ্লোক ১৬৫ য়াউরী। মওঙ ফজনা তারবা মহন্দোক্লী। মসীনা হন্দোকপগী ওয়নদী ঈহান হানবা লাঈরীক্লী হাঈবা তাঈ। মতুঙদা ৱীলীয়ম কেরী (Carey) না, চহী ৮৫ মুক লৈরগা, ১৮২৬ তা বাঈবল (নীয়ু তেসতামেন্ত) হন্দোক্কুনা পুথোকখী। মসী মীতৈরোন তাদে লোন্থেদৌনা তৌঈ; ময়ামগী ওয়না য়াননবা ঈথোকপা অমদী সেমগতপা চঙলী; সুঙদোক্লীবা সনাদৌনা লৈরী। অমনা অঙোম গোপী (১৭১০-৮০) না মাগা লোয়নবা মুরলীগা লোয়নবা ক্রীত্তীবাসকী রাময়নগী লঙ্কা কান্দগী মতাঙদগী 'বীরবাহু তুবা' হাঈবা অমা হল্লে। চাউরক্লা ১৮ বা চহীচাগী 3rd অদগী 5th Decade মরককী ওয়বা য়াঈ। মসীসু হীরমগী ওয়নদী মহাকাব্যনী; সাহীত্য সেঙলে; তৌবতবু অনুবাদকী ওয়না য়েঙবদ তসেঙনা অনুবাদ হাঈবদু

নতত্রী adaptation ওয়রী; হাঙ্গবদী লাকসীল্লগা ঈবা। লাকসীল্লগা ঈথোকপা অসী Translation হাঙ্গবা তেক্লীকেল অদুদী থৌদৌ অদুদী নতত্রী। চুম্মী Translation দা নকসীনবদী য়াঙ্গ অদুগা Text to text translation অদুদী ওয়দে। অসুম্না চরাঙ্গরোঙবা খুনকুমদগী কেরীগী বাঙ্গবল ফাওবসীদা, ১৮ অমদী ১৯ সুবা চহীচাগী হন্দোকপগী মসক অসী হীরম অমদী লোন্দা পুন্না য়েঙবদা সাহীত্য অনুবাদকী মওঙ ঈসেঙ সেঙদনা অদুমলোয়খ্রে। (সন্দোকপা য়াঙ্গ)

সাহীত্যগী ওয়বা অনুবাদকী অসেঙবা মসক্তী ১৯ সুবা চহীচাগী য়াম্না থেঙবা সরুক্তা, খ্রসত কুম ১৮৯৯ দা উবা ফঙঈ। হাঙ্গরীবা চহী অসীদা হাউদৈজাম্বা চৈতন্য সীঙহনা মাগী লাঙ্গরীক 'খম্বা থোয়বীগী' ৱারীনী হাঙ্গবসী ফোঙখী। লাঙ্গরীক্কী ৱাহৌদোক্তা অঙ্গবনা হাঙ্গবনী -

> "অসীগুম্বা খম্বা থোয়বীগী ৱারী কোরবেক লাঙ্গরীক অসী মনীপুর সনা লৈপাককী ওজা শ্রী লাঙ্গশ্রবা চাউবা হনজবা সেগা লম্বী লৈমজম লৈকাঙ্গ ঈম্ফালদা লৈবা, মাগী থাঙ্গনগী কোরবেক মীতৈ খুনুঙ অরীবনা ঈবদগী সীনদোকপনী। ১সুঙ লাঙ্গরীক অনী খুনুঙ লোনগী মরম অসীনা ও খরা থৈনৈ। অদুনা লাঙ্গরীক অসী পাবীবা গুরু সীঙনা তাথী ৱা ওয়বীনু হাঙ্গদুনা খুয়া খাদা খুবাঙ তরামক লোনদুনা খুরু মজৈ। ১সুঙ মনীপুরী মোয়রাঙ থাঙজীঙ লৈপাককী খম্বা থোয়বীগী লীল্লা অসী হয়েঙ তুঙ ফাওবা মুততনবা ঈবুঙঙো শ্রীল শ্রীযুক্ত এ, পোর্তমাস আঙ্গ:সী:এম: সাহেব বাহাদুর মনীপুর স্না লৈপাক্কী অহাম্বদা পোলীতীকেল এজেন্দ অমসুঙ সুপারীন্তেদেন্ত ওয়রম্বা, নুঙসী হৈবা মপুনা লাঙ্গরীক অসী সাপা তৌহল্লী।

হাঙ্গরীবা পোলীতীকেল এজেন্ত অসীগী Supervision দা খন্বা থোয়বীগী ৱারী অসীবু বাঙলা অমদী অনৌবা মনীপুরীদা হন্দোকখী। মসীদা অনৌবা যুগকী ঈহান হানবা হন্দোকপা লাঙ্গরীক ওয়গনী। মনীপুরীদগী বাঙলাদা হনবনী।

অনুবাদকী মসক অনী লৈ - অতৈ সোর্স লোনসীঙদগী মনীপুরীদা তারগেত ওয়বা অমা, অদুগা অমনা সোর্স মনীপুরীদগী অতৈ তারগেত লোনসীঙদা হন্দোকখীবা অমা। অমগসু হাপচনীঙলী - অরীবা মনীপুরীদগী অনৌবা মনীপুরীদা হনবা অসীমসু। ওনথোকপগী মওঙ অসীমসু হন্দোকপনী হাঙ্গদবা য়ারোয়। (সন্দোকপা য়াঙ্গ) দীনচন্দ্র, চন্দ্রসীঙহ, খেলচন্দ্র, ভোগেস্বরনচীঙবা মাঙ্গচৌসীঙগী পোথোক লৈ। ৱাহৈগী ৱাহৈদা হনবগী মওঙনা নম্মী।

মনীপুরীদা হন্দোরক্লীবা সাহীত্যগী মচলসীঙগী লোন অসী ভারত অমদী প্রীথীবীগী ওয়বা মসীঙ য়াম্না য়াম্মে; ভারতকীদা সঙস্ক্রীত, বাঙলা, হীন্দী, উর্দু, আসামী, গুজরাতী, মারীথী, উরীয়া, পনজাবী; খা-ভারতলোমগী, কন্নরা মলয়ালম, তেলুগু, তামীল; প্রীথীবীগীদা গ্রীক, লেতীন, ঈঙলীস, পার্সী, স্পেনীস, ফ্রেন্স অসীনচীঙবা ময়াম। বীধা হাঙ্গবদী হীরমগী মচলদা চাওবা-পীকপা মপুম ওয়বা-মচেত ওয়বা হাঙ্গবগীনা ৱাফম অমনী, মসীঙগী ওয়না য়েঙলুরবদী য়ামলে; চপ চানা য়াম্লে হাঙ্গদবা য়ারোয়। ময়ামগী ওয়না চতনরীবা মচলসীঙ সুরে হাঙ্গবা য়ারে। সৈরেঙ কাব্য মহাকাব্য অমসুঙ খন্দকাব্য, এপীক, উপন্যাস, ৱারীমচা, ৱারেঙ ঈসৈ, নৈনরোল অসীনচীঙবা। ময়াম অসীগী মখল মচা-মচা ময়াম অমসু লেপ্পা লৈতনা চঙলক্লী। কল্লবা ঈচেল অমনী। চাউথোকচবা য়ারবা খোঙয়াঙনী। (পেম্থোকপা য়াবদী নতত্রী)

সাহীত্যগী মচল য়াম্মী লোন (সোর্স) য়াম্মী হাঙ্ঈবগী ৱাদনী অনুবাদ তৌবগী মতাঙদা হকথেঙননা সীজীন্নরীবা মরক্কী লোন হাঙ্ঈবসী লীঙ্গ ওয়বা লোনদী য়ামদে - বাঙলা, হীন্দী অমদী ঈঙলীস অসীদনী। তারগেত লোন মনীপুরীনা মমারোন ওয়বা মনীপুরীসীঙনা মনুঙ হনজীননা খঙনরীবা মপুঙ ওয়বা লোন অসী অহুম অসীনী। অতৈদী হৈবা খঙবা য়াওদবদী নত্তে তম্নে, খঙনৈ, ঙাঙনৈ; অদুবু সাহীত্যগী সেবা হেক য়ৌবা য়াবা, মনুঙ থীতনা হৈবা হাঙ্ঈবদুদী য়াম্না ওখাক য়াম্না, তাঙনা থোক্কনী। র্তাগেত লোন ওয়রীবা মনীপুরীনা মমারোন ওয়বা অয়াম্বা হনবা ওয়রী। য়াম্না ফবা মওঙনী। মমারোনদা নত্রগসু মমারোলগুম্বদা হনবনা মরীক চুম্বা হেনবগী ৱাসু লৈ। তৌবগীদী মীওয়বা অমগী মমারোন অসী অমদগী হেনবা য়াদে হাঙ্ঈবা লৈতে। সোর্স ওয়বা লোন্দগী অপাননা তৌবা, লীঙ্ক ওয়বা লোনদগী তৌবা অনীমক মনীপুরীদা লৈ। কালাচান্দ সাস্ত্রী, ব্রজবীহারী, অতোম্বাপু সর্ম্ম, স্যামসুন্দর, কুনজমোহোন, কুমার সর্ম্ম, কে তোম্বী, রঘুমনী সর্ম্ম অসীনচীঙবা হন্দোক্লোয়সীঙনা অপাননা হল্লী (নাকোয়ননা হাঙ্ঈবদী লীঙ্ক লোন অমদগীসু হনবসু য়াওরী); অদুগা রা:কু:মনী, এলাঙবম সোনমনী, দা:এস. তোম্বা, হীজম গুন, এল দামোদর, দা: রোচুঙা পুদাঈতে অসীনচীঙবসীঙনা নাকোয়ননা, লীঙ্ক লোন অমদগী হল্লী। মরক অসীদা ওয়থোক্কদবা হাঙ্ঈবদী প্রাকতীকেবলীগী মীতয়েঙদগী য়েঙবদা পনজনীঙবা অমনা - লীঙ্ক লোন অসী অমদগী হেনবা য়াঈ। হাঈজবদী মওঙবু য়াম্নমক কুঈরবা মচল অমা ওয়রবনীনা মহাভারত অসী লোন অয়াম্বনা হন্দুনা লৈরে। কালাচান্দ সাস্ত্রীনা হনবা মতমদা হীন্দীসু বাঙলাসু ঈঙলীসসু হৈবনীনা লোন অমদগী হেনবা মহাভারত য়েঙবা য়াঈ। তৌবগীদী লীঙ্ক লোননা অকক্লবা অমা থম্মবসু চীঙনরকপা মতাঙদা নত্রগা ময়েক সেঙনা খঙনবগীদমক্তা লোন ময়ামগী অফঙবা অনুবাদ ময়াম য়েঙবা তান্নবা অমদী মতেঙ লৌবা হাঙ্ঈবসী মসানা

তাবনী। পোথোক ফহনগে অমদী পেন্ননবা হনগে হোতনবদা হোতননীঙবা পুম্নমক হোতনবা য়াঙ্গী; লৌনীঙবা মতেঙ লৌবা য়াঙ্গী, তান্ননীঙবা মীওয়, লাঙ্গরীক, দীক্সনারী, গ্লোসরী, তীকা, অর্থ, আলোচনা, কনাগী সীথদুনা ঈবা ঙাঙবা ফাওবা খঙজীনবা লোয়ননা মতেঙ লৌবা কাঙ্গদে। অসীদগী হেনবা য়াদে হাঙ্গবা তেঙবাঙ নত্রগা উপাঙ্গ থম্বা চুমদে। মনীপুরী অনুবাদকসীঙ লোন অনী-মরী খঙবা ঙাক্তনী। মতেঙ লোয়না লৌনবা ঙাক্নী।

মখল অসীগী মনীপুরী অনুবাদতা ৱাহৈগী ৱাহৈদা, ৱাখলদা নত্রগসু এদোপতেসননচীঙবা কাঙলোন ময়াম অসী মতাঙ মতাঙগী ওয়না ঈয়ান য়ান্ননা অদুম্মক চতলী। (প্রীথীবীগী ওয়বা ময়াম্না য়ানরীবা অনুবাদকী মখলদী - লীতরেল, ফেতফুল, ফ্রী অমদী ত্রান্সক্রীয়েসন অসীনী) হাঙ্গজনীঙবদী মনীপুরীদা মতাঙ-মতাঙগী ওয়না, চাঙগী ওয়না য়েঙবদা হেন্দোক-হেনজীন লৈরবসু মওঙ হাঙ্গবদী মখল মরী অসী অমসু-অমসু পুনসীনবা অদুম থেঙনৈ। মওঙ অসী মঙাসুবা মখল হাঙ্গবদী য়ান্নবা মওঙগী মখল অমদা থম্বসু য়াঙ্গী। কালাচান্দগী (মহাভারত) অনুবাদ তা ৱাহৈগী ৱাহৈ অমদী ৱাখলগী ওয়বা পাক সন্না থেঙনৈ; নীঙঙোম্বম ঈবোবী (মহাভারত সৈরেঙ), রা:কু: মনী (গীত গোবীন্দ, য়ুগান্ত, হনুব অমসুঙ সমুদ্রনচীঙবা) আঙ্গী আর বাবু, এল. দামোদর, (সাখরাম বাঙ্গন্দর) অসীনচীঙবদা ৱাহৈগী ৱাহৈ, ৱাখলগী ৱাখল অমদা ত্রান্সক্রীয়েসনগী মওঙ থেঙনৈ। অনৌবরোমদসু অরীবম কুমার (নুমীতকী ৭ সুবা সগোল), খেত্রী রাজেস্বর (মধুসালা), আঙ্গী এস. কাঙজম (তমস), মেঘচন্দ্র হৈরাঙখোঙজম (অতোপ্পা দ্রোনাচারজা অমা) খুরাঙ্গজম নীমাঙ্গচরন অসীনচীঙবা অনুবাদসীঙদা ৱাহৈগী ৱাহৈ অমদী ৱাখলগী ৱাখলগী চাঙ মান্ননা লৈবা উঙ্গী। কৃসনামোহোনগী

গীতানজলীদা ৱাহৈগী চাঙ হেল্লী অদুগা অয়াম্বা মতাঙদা ক্রক-ক্রক লাউনা থোকঈ। মীনকেতনগী মেধনাদ বধ কাব্যদা মসাগী ওয়বা ক্রীয়েসন গী চাঙ হেন্না থোকঈ। অয়েকপম স্যামসুন্দরগী শ্রীকান্ত দা ৱাহৈগী, ৱাখলগী অমদী মসাগী নীঙতম্বা অহুমসী অমদা চোয়-চাঙ ওন্দুনা থম্মী লোয়ননা মীতৈরোন তাঈ। অদুনা অনুবাদ অসীগী অনুবাদসীঙ অসী হন্দোকপনী হাঈবা খঙনা-খঙনা থাজরক্তবা, মীতৈরোন মসাগী ওয়বা মানবা মওঙ লৈ। জী. সী, তোঙব্রাগী লাঈফদীবী অমৈ য়ুমদা ৱাখলগী ৱাখল অমদী ত্রান্সক্রীয়েসনগী চাঙনা হেল্লী অতৈসু খর-খরা অদুম্মক য়াওঈ। কোন্থৌজম তোম্বগী গীতানজলী রোয়েলসু ওয়বা মনীপুরীসু ফজনা তাবা মহন্দোক্লী।

অনীসুবগী মসক হাঈবদী মনীপুরীদগী অতে লোনদা হন্দোকপা অসী পাঈখতচগে মসক অসীমদী চরা-চরাবা চাউকান-চাউকান তৌবা ঈহাঙ হাঙবদৌনা তৌরী। পেন্দবগী ৱাকত অমা লৈবা য়াবগী লৈখোন ঈরোয়নৈ। মনীপুরীনা সোর্স ওয়রগা তারগেত ওয়না লৈরীবসী পাক সনবদা, হীন্দী, বাঙলা অমদী ঈঙলীসনী। মখা তারকপদা মচা-মচা, মরক-মরক্তা মোঙলীবনা, আসামী অমদী য়াম্নমক তাঙবদা নেপালী অসীনী। মচেত মচা-মচাগী ওয়বা অমা অনী লৈরম্বসু য়ারী। মলয়াম, তেলুগু, খাসীনচীঙবদা সৈরেঙ হাঈবগী পাউ তাঈ। অদুবু পাউগী ৱানী খোঙনা খুতনা লাম্বদী ফঙনদ্রী। (সন্দোকপা য়াঈ) হাউ চৈতন্যগী বাঙলা অনুবাদ ৱাহৈগী ৱাহৈদা হনবগী সবুক্লা য়াম্না নম্না থোকঈ।

হীন্দীদা খুত কন্না থারীবসী দা. আঈ. এস. কাঙজম (তীর্থ য়াত্রানচীঙবা), নীসান নীঙতম (মাধবী, জহেরানচীঙবা), এ, কৃসনমোহন সর্ম্ম (থম্বালনুনচীঙবা), সীদ্ধনাথ প্রসাদ (মা কী অরাধনা নচীঙবা), দা হজারীময়ুম সুবদনী দেবী (লৈ পরেঙ) ঐচ. আনন্দীনী দেবী

(সপনে কা গীত) অসীনচীঙবনী। মতাঙ মতাঙগী ওয়না সৈরেঙ ৱারীমচা, রচনা, লীলা মচানচীঙবদা খুত থারী - অরীবম কুমার সর্ম্ম, দা. লনচেনবা মীতৈ, দা. দেবরাজ অসীনচীঙবা অনুবাদসীঙনা। অনুবাদকসীঙ অসীনা সোর্স লোন মনীপুরীদগী তাগের্ত লোন হীন্দীদা হল্লী। সদ্ধনাথ প্রসাদ নত্তনা লোয়নমক্কী মমারোন মনীপুরীনী। সীদ্ধনাথকীসু মমারোনগুম্মবনী। মাগী অসেঙবা মমারোননা হীন্দীনী। লীঙ্ক লোন লৈত্রে। মখোয়সু য়ানসীন্নবগী মওঙদা হল্লী। হীন্দীগী পন্দীত ঙাক্লী লৈবাকমচা তাবা (স্তেন্দার্দ) হীন্দী লোয়না সীজীন্নে। মনীপুরী সঙস্ক্রীতী মসক মপোপ কাঈহন্দনা উতনবা লাক্লবদা মনীপুরী ৱাহে অদুমক থম্মগা ফুত নোতনতীঙবা পীদুনা তাকপগী মওঙ সীজীন্নবা থেঙনৈ। অফবা খোঙথাঙনী। ঈঙলীসনা তাগের্ত লোন ওয়বদা খুত থাবসীঙগী মনুঙদা জী.সী, তোঙব্রা (মসাগী ঙবোঙখাও), রা.কু. বীরেন (মাধবী),সী.ঐচ. মনীহার (নাওথীঙখোঙ), চীঙখৈঙানবা থঙজম (ও লভলী গ্রীস), দা. আঈ, আর. বাবু (ৱারী মচা, সৈরেঙ ৱারেঙ), লৈমপোকপম দামোদোর সীঙহ (ৱারেঙ সৈরেঙ) বী.এস. রাজকুমার (সৈরেঙ ৱারেঙ), এলাঙবম সোনমনী (জহেরা) অসীনচীঙবা পানবা য়াঈ। অয়াম্বনা ৱাহৈগী ৱাহে অমদী ফেতফুল ত্রান্সলেসনগী পাম্বে পাক সন্না সীজীন্নে। য়ান্নবা মওঙগীনী হাঈবা তাঈ। পুন্নমক সীঙথাবা য়াবা পোথোক ঙাক্তনী।

অসুম্না অসামী, তেলগু অমদী নেপালীদসু ৱারেঙ সৈরেঙ খরা হনখ্রে মনীপুরীদগী হেক্তা হনবসু য়াঈ, লীঙ্ক লোন্দগী, হনবসু য়াওঈ।

মরক অসীদা মরাথী লোনগী ময়াম্না খঙনরবা অনুবাদ ভগবান মনীপুরী কবী ময়ামগী কবীতা ময়াম অমা মরাথী লোনদা হন্দোক্লগা 'অধুনীক মনীপুরী কবীতা' কৌবা লাঈরীক অমা ফোঙঈ। লীঙ্ক লোন

হীন্দী ওয়গনী। মনীপুরী অমদী হীন্দী পন্দীত ওয়বা দা. কাওজম, দা. দেবরাজ অমদী দা. জগমল সীঙহ্ অহুমনা লীঙ্ক লোনগী মতাঙদা চাউনা মতেঙ পাঙবনী। মসীদসু মতাঙ-মতাঙগী ওয়না মতা য়েঙ য়েঙদুনা য়ান্নবা মওঙগী অনুবাদকী মসক উবা ফঙবা য়াঙ্গী।

অতৈ লোনদগী মনীপুরীদা তৌরকপসীমদী হীরমগী ওয়না য়েঙবদসু, মচল অমদী মসীঙগী ওয়নসু ফনা য়াম্না ফজরে। অনৌবা অনুবাদ কয়া অমসু চোঙথোরক্লে। সাহীত্য একাদমী অমদী মনীপুরী সঙস্থান কয়ানসু মনা চাউনা মতেঙ পাঙলী থৌঙ্গনসীন পীরী অমদী লমজীঙলী। ১৯৯০ গী পরীঙ অমদী ২০০০ পরীঙগী তঙ্খায় অসী ফাওবসীদা অনুবাদক অমদী মখোয়গী পোথোক মফম অমা খঙনা হেনগতলক্লী। অসুম-অসুম হেনগতলকথীগনী হাঙ্গবগী আসা থম্বা য়ারে। পেনফাওবা অমত্তদবু, অরীবা অনৌবা ক্লাসকী ওয়বা মচল কয়া, ফোঙ-ফোঙ সারীবা গ্যানপীথ, বুকর অমদী নোবেল প্রাঈজনচীঙবা মনা ফঙলবা কয়া অমদী মনীপুরী অনুবাদ চাঙ্গগোয়নুঙদা পুসীল্লক্ত্রী - লীঙ্ক লোন ময়াম লৈতবসু নত্তবদা।

মনীপুরী অতৈ লোনদা হনবদী লমদাঙ অসীমদী মীতয়েঙ খুদীঙমক্তগী নীঙবা কাঈনীঙঙাঙ্গ ওয়রী। মনীপুরী সাহীত্য লেপ্পা নত্তে; চতনরীবা মচলসীঙদা ভারতকীদতা নত্তে, এসীয়া লোয়ননা মালেমগী ফম্বাক তা ভাবোকনা খোয়দাগদবা পোথোক, মীসীঙ য়ামদবদগী পোতসীঙ য়ামদ্রবসু, খরদী সোয়দনমক্কী য়াওরী। মালেমগী অতৈ সাহীত্যকারসীঙদা প্রভাব তাহনবা ঙম্বা পোথোক করীগী লৈতনী। লুরীবদী পুম্নমকসী মনীপুরীদতা তাসীন্দুনা লৈরে। মীওয় লাখ কুনমরী মঙাগী লনগৈ ওয়বদগী হেন্দ্রে। মাধবী, জহেরা, লৈ-পরেঙ, ঙবোঙখাওগুম্বা খুতসা সুনা থোকপা য়াফাত্ত্রীবা খরা অসী নত্তনা

আঙ্গীসবর্গ কী চাউখ্রবা সরুক মখৈদী ঈরোন্নুঙদা অদুম্মক লৈরী। মালেমগী ভাবোক খোনবগী থবক্কী অনুবাদতনা তৌগদবনী - মপুঙ ওয়না অতৈ লোনদা তৌবা অনুবাদ। মাঙ্গীকৈ অসীমদী পাক্তক্লনা ঈহাঙ হাঙলী। ঙসী ঙসীমক্কী খোঙয়াঙ অসীদা হোতপা তারগদী ফনা কুঈনা ওখাক সাঙনা হাঙখীবা য়ারী। ভারতকী ওয়বা হীন্দী, প্রীথীবীগী হাঙ্গীবা য়ারবা ঈঙলীস নীঙথীনা খঙ-হৈরবা, ময়াম-ময়াম্না শীক থন্না লৈ ঈরমদম (মৈত্রবাক) অসীদা করীগী অসুক চাউনা হাঙলীবনো।

অনুবাদ তৌবা ফৈ, তৌফম থোকঈ, তঙায়মক ফদবনী হাঙ্গীনা মনীপুরীদা অনুবাদ সাহীত্য, মপুম ওয়না য়েঙবদা কৌরপ তারী - হনজীল্লকপসু হন্দোকখীবসু। নীয়মগী, তমজনফমগী লোনচত-ৱাঙাঙগী নত্তবদা, চপ হেক চাবা Practicability গী মতাঙদা ঙসী-ঙসীমক হকথেঙনরীবা সমস্যা খরা লৈ। ফোঙনা খনজবা (Loud thinking) গী ৱাফম ওয়না লৌবীবসু য়াঈ। হঙ্গতচরী -

(ক) মনীপুরদদী অনুবাদকসীঙসী অয়াম্বনা, (৯৫% গুম্বদী) Creative Writer নী। Creative Writer দী নীঙখা তম্মী; ঙমখৈ লৈতে, মসাগী কল্পনাদা নুঙঙাঈজৈ। অনুবাদতী অফা-অপুন অমদা লৈবনী। অদুনা নম-হাবগী থবক অসী পঙহৈ-হৈনদে। তৌদবসু য়াবনীনা তৌনদবনী। নুঙগী ওয়বা সমস্যানী। (সন্দোকপা)

(খ) কনাগী করম্বা লাঈরীক তৌসীগে হাঙ্গীনা তেক্স খনবদগী অৱাবা অদুম হৌরে। মতুঙদা সঙস্ক্রীতী খেন্নবা লমদাঙগী মান্নবা ৱাহৈ থীবা, লৈতবা তার্মসেম্ব, লৈবা য়ানবা লাক্লবা, চান্নবা ৱাহৈ নত্রগা নাকয়েত থীবগী পোতলুম মথঙ-মথঙ নল্লকঈ। ফম্বা চতপা চাবা থকপা মতাঙ ফাওবদা খন্দুনা লৈবা তারকঈ। করীসু নত্তবা ৱাহৈ অমগীদমক, অদুসু মী অমগী মসাগী নত্তবা, থবক মখা কুঈনা চথবা য়াদনা লৈবা তারকঈ। অৱাবনী অৱাবসী পাম্নদে। কোক সাঈ।

(গ) মনীপুর অপীকপা লৈবাক্নী, মীসীঙ য়ামদে। পাবীনবা মতীক চানা লৈতে। অদুগীসু মথক্তা অনুবাদ পাগদৌরীবা খরা অদুদী Original দা নত্রগসু অতৈ Link লোনসীঙদা পাবা ঙম্বা ওয়বনীনা অনুবাদ কন্না পাম্মুবা হাঙ্গবসু তৌনদে। অদুনা কৈথেল পীকঈ; অনুবাদক্তা মহাম তারকঈ। ৱানা হোত্নবুরীবদুগী ফল ফঙদে। থৌগতপীবা, য়োকখতপীবা ৱাতলকঈ। মহৈ লোয়সঙসীঙদা তম্নবা অমনীদঙ নত্তনা অতৈদী করীনুঙগীনো হাঙ্গবগী ফীবমদগী পঙহেন হেন্দে। অনুবাদক অমত্তা নোয় পেন্না হীঙদে; চীরী-চীরী চতনবা ঙাক্তনী। অতৈ লোনদা হনবসু অদু মঙাঈ, য়োনবীনবা-পাবীনবা থীবদা অনুবাদ তৌবদগী হেন্না ৱাঈ। ঙাকপীনবা, থৌগতপীনবা, সেমগতপীনবা পঙলৈ লৈতে। নীঙথৌসু প্রজাসু ঈমান ঈমান মান্নে। পানগী সমস্যনী।

(ঘ) খ্বাঈদগী মরু ওয়বা সমস্যাদী, interest লৈতবা অমদী willpower লৈতবসীনী। মীসীঙ য়ামজদ্রবসু হৈবা, খঙবা তৌবা ঙম্বা চপ চানা লৈ। মসা তীনজঙ-লাঈচঙবসু নত্তে। অদুবু মতৌরগে হাঙ্গনা চপ তীঙদবনীনা অনুবাদ সাহীত্য ঙসী ঙসীমক্তী ৱাচেতদা মীহুল তোপ্পী। অদুবু য়ামফম তাবমক্তী নত্রী। ক্রীপা লাকখীনী। কন্না ঙাঈখীগদবা লৈ।

---(০)---

# মনীপুরী অনুবাদ সাহীত্যদা মীতয়েঙ অমা

- লনচেনবা মীতৈ

মনীপুরী সাহীত্য ঈতীহাসতা ১৮ অমসুঙ ১৯ সুবা চহীচাগী মতম্থু ময়াঈ চনবা মতম হাঈনা অয়াম্বা লৌনৈ। হাঈরীবা মতমসী মনীপুরী সাহীত্যগী অঙনবা অমসুঙ অনৌবা মতমগী সাহীত্যদগী তোপ-তোপ্না তাবা মসাগী তোঙানবা মসক লৈজবা সাহীত্যগী মওঙনী। অসীগুম্বা সাহীত্যগী সক্লোনসীবু সেমগতপদা অচৌবা থৌদাঙ লৌখীবদী মনীপুরী অনুবাদ সাহীত্যসু অমনী হাঈবা য়াঈ। মতমগী অনুবাদ সাহীত্যসী নীঙথৌগী থৌজাল ফঙলবা সক্লাঈরবা অঈবসীঙনা সেমগতলম্বনী। মরমদী গরীবনীৱাজ নীঙথৌনা হীন্দু লাঈনীঙ লৌখীবদগী লাঈনীঙ অসীবু লৈবাক মীয়াম পুম্বগী লাঈনীঙ ওয়হনন্নবা হীন্দু লাঈনীঙগা সগোন্নবা অৱাঙবা লাঈরীক কয়া লমদমসীগী ৱাহৈ নাতৈ চানা লমদমসীগা চুনবা মওঙদা হন্দোক্নুনা সেমগতখী। মসীমক্না মতমদুদা হান্নগী সনামহী লাঈনীঙনা মীরোল কয়া মরা তাসীনখ্রবা থম্মোয়দা হীন্দু লাঈনীঙগী অনৌবা সাহুম্না য়ৈবদা তায়োন্ননা থোকখীদবনী। অসুম্না মতমদুগী সক্লাঈরবা অঈবসীঙনা লমদমসীগী লৈহাউগা চাননা সেমগতলকপা অনুবাদ সাহীত্যগী লাঈরীক কয়ানা লমদমসীগী লাঈনীঙ লাঈসোল মপুঙ ফানা হোঙহনবা ঙমখীবনী হাঈবা য়াঈ। মরম অদুনা মতমদুগী মীয়ামগী লাঈনীঙলোল অমসুঙ পুন্সীরোলদা অনুবাদ সাহীত্যগী মফম চাউনা চন্দুনা লৈরম্মী। সম্না হাঈরবদা অনুবাদ সাহীত্যগী

সনথোঙদা চঙলক্লবতদা মতমদুগী মীয়াম্না হীন্দু লাঈনীঙগী সনা ফুদোঙবা মসক্তু উজবা ঙমখী হাঈবা য়াঈ। মসীগীদমক মতম মতমদুগী নীঙথৌসীঙনা অনুবাদকী থবকপু অখনন্না লৌবগী ৱাফম থেঙনৈ। ৱাফমগী রামান্দী ধর্ম্মদা লাঈনীঙ লৌরবা নীঙথৌ পামহৈবনা মাগী নীঙথৌকোনগী অঈবসীঙদা য়াথঙ পীবদা পল্লী- "চীঙভু রামজী থোয়খোয়বগী মঙন থানথবা গুন মতীক অরুববু নদাঈরেম প্রজা অয়াম্বনা পাঈমা সেনচঙননা উনবী পুক্নী লেপফদবসীঙবু পাঈমা পুক্নীঙ লেপনবা রাময়ন অরুববু নাতাহলও হাঈএ।"

*(মীতৈরোন অরীবগী রাময়ন : লা:৩ ফোঙবা ১৯৮১)*

অসুম্না নীঙথৌগী অপাম্বা মতুঙঈন্না মতমদুগী সক্লাঈরবা অঈবা নহারুপ সঙদা তরেত সেলুঙহনবা অঈবা খেমা সীঙহ কেগে মোয়রাম্বনা প্রেমানন্দা, মুকন্দরাম, লখমী নরাঈন, ঈরোয়বা, রামচরন, লখমী নারাঈয়ন সাঈখুবনচীঙবগা তান্নদুনা ক্রী ত্তীবাসী রামায়নবু মনীপুরীদা হন্দোকখী মতুঙদা শ্রীদাম কৈসামচানা নীঙথৌ লাবন্যচন্দ্রগী মতম (ঈঙ ১৭৯৮-১৮০০) দা অমুক নৌনা ঈথোকপদা নত্তনা আদীকান্দ অমসুঙ আয়োধ্যা কান্দসু হাপচীন্দুনা মপুঙ ফাহনখী। মতমদুদা রাময়নগী খন্দ ৭ সুনা তাজরবদী পাপ কোকপদা নত্তনা মপারী মমোম পোকপা ফঙজবগী ৱাফম ফাওবা য়ৌনা মীয়াম্না থাজনরকপগী ৱাফমসু থেঙনৈ-

"রামায়ন মসা ৭ মাবু নমু পোঙবচাসীঙনা ভক্ত তাঙজা লুগ লুক্না নাতারবদী পাপ অরুম্ববু কোকনৈএ। নমু পোঙ ওয়বনা মপারী সাততরবসু সাতনৈএ।"

(মথক্কী য়াউফম লা: ৮)

সম্না হাঈরবদা মীওয়বগী অৱাবা কোক্লবগী মরম ওয়বসী রামায়ন কৌবা পুরাননা ওয়বনীনা মসীগী অনুবাদপু মতমদুগী মীয়াম্না খোয়জঙনা তাবতা নততনা লুনা লৌনরম্বনী।

অসুম্না ১৭৮০ ঈঙদা মহারাজ ভাগ্যাচন্দ্রগী মচাঈবুঙওো নবানন্দনা বীরাত সান্থুপলোন (বীরাত পবর্ব) হন্দোকখী। মসীসু মতমদুগী সক্লাঈরবা অঙ্গবা ময়েঙবম বৃন্দাবন অমসুঙ ৱাহেঙবম মাধবরাম অনীনা ৱাহৈগী না-পু তাবা সেমদুনা লমদমসীগী লৈহাউগা চানহনখী। লোঙজম প্রসুরাম্নসু মাগী সাত্র চীরোম অভীমন্যু, ৱারেপম গঙ্গাচরন অমসুঙ ওয়নাম নবস্যাম অহুমগী মতেঙগা লোয়ননা ১৮০২ দা বাঙলা কবী গঙ্গাদাস সেনগী মহাভারতকী অস্বমেধ পবর্ব "লাঙ্গোয় সগোল থাবা" হাঈনা মীঙথোন্দুনা হন্দোকখী। অসুম্না রাম নোঙ্গাবা, বীরাত পবর্ব, মহাভারতকী পরীখীত সর্প জেস্ত বীর বাহু তুবা, লকসমীচরীত, ধ্রবচরীত অমসুঙ চন্দ্রগ্রহনচীঙবা কয়া বাঙলালোনদগী হন্দোক্কুনা মীতৈলোনগী অনুবাদ সাহীত্যগী পুক্কে থলহনখী।

মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী সনা হাক্তক (১৭৬৩-১৭৯৮ ঈঙ) অসীদা হীন্দু লাঈনীঙগা মরী লৈনবা লাঈরীকখক নত্তনা অরোঙ নন্দকুমার অমসুঙ ধননজোয় লাঈবু নীঙবা কৌবা বৌদ্ধ লাঈনীঙগা মরী লৈনবা লাঈরীকসীঙবু মীতৈলোলদা ঈথোক্কুনা সায়ানুবাদকী মহাউ মতমদুগী অনুবাদ সাহীত্যদা হাপচীনখী।

সম্না হাঈরবদা মনীপুরী সাহীত্যগী ময়াঈ চনবা মতমদা তৌখীবা অনুবাদতী ঈচম চম্বা ৱাহৈ-ৱাহৈদঙগী অনুবাদ নত্তে অয়ম্বনা অনুকৃতী (ত্রান্সক্রীয়েসন) নী হাঈবা য়াঈ। মরম অদুনা ওরীজীনেল রাঈতরসীঙদুগা চপ মান্নবা কলাগী খুতসেম মতমদুগী অনুবাদকসীঙদা লৈবনা অনুবাদ ওয়বগী পাবদা নাকোয়ননা থোকপগী নুঙঙাঈতবা অদুগী সামীন ফাওবা মতমদুগী অনুবাদ সহীত্যদা লৈতে হাঈবা য়াঈ।

অনুবাদপু লমদমসীগী মীওয়বগী পুন্সীরোল অমসুঙ লাঈনীঙলোনদগী খাঈদোক্কুনা সাহীত্যগী ওয়বা কলাগী মহাউ ওয়নতা

লৌনরকখীবগীদী অনুবাদসী সাহীত্যগী অনীসুবা থাক্তা কুমথখ্রে। মসীদগীদী সাহীত্যগী তাঙীবঙদা অনুবাদকী মমল হন্থবা হৌরকখী। মনীপুরী সাহীত্যদা অনৌবা মতম লাকখীবদগী অনুবাদকসীঙনা মানা-মানা পামজবা লোন অমসুঙ লাঈরীক খনগততুনা মনীঙ তম্না মীতৈলোন্দা অনুবাদ তৌনরকপনা মনীপুরী অনুবাদ সাহীত্যগী অনীসুবা সক্লোনসী পুরকখীবনী হাঈবা য়াঈ। মসীনা মনীপুরী অনুবাদ সাহীত্যদা লৈবাক নীঙথৌগী থাক্তগী লনাঈগী থাক্তগী কুমথরকখী। মসীনা মতমসীগী অনুবাদ সাহীত্যদা মরৈ মুন্দবা পোতথোক য়াওরকখী। করীগুম্বা অকক্নবা নীয়ম অমগী মখাদা য়েঙসীনবীনবা য়াওদনা অনুবাদ তৌনরকদগী হৌরকলোন (সোর্স লুঙ্গুয়েজ) গী ওয়বা ওরীজীনেল লাঈরীক্কী মচাক্লা করম্বনো অদুগা পান্দমলোন (তার্গেত লেঙ্গুয়েজ) গী ওয়বা লাঈরীক্কী মচাক্লা করম্বনো হাঈবা ভাব তাদবা ফাওবা থেঙনরকঈ। অখঙবনা হন্দোকপা খঙদবনা লঙথোক্লম্বা নত্রগনা ভাবনা সারগা হন্নবা হোতনবা কয়া থেঙনরকঈ। মসীনা মনীপুরী অনুবাদ সাহীত্যদা অচৌবা মাহীঙ কাহল্লী। অদুবু মনীপুরী সাহীত্যগী অনৌবা মতমসী হৌগতলকপদগী সীঙথানবা য়াবা অনুবাদকী লাঈরীক থোরকখীবা য়াওদবদী নত্তে। খুদম ওয়না অরাম্বম দরেন্দ্রজীতকী কঙস বোধ অমসুঙ হব্রাঈবম নবদ্বীপচন্দ্রগী মেঘনাথ তুবা কাব্য মনীপুরী অনুবাদ সাহীত্যগী অব্রাঙবা থাক্কী লাঈরীক্লী হাঈবা য়াঈ। হেন্না নুঙঙাঈরীবদী অনুবাদপু সাহীত্যগী অনীসুবা থাক্তগী অমুক নৌনা চীঙখতনবা লমসীদা সীঙনবা অমগা লোয়ননা থোরকপা অনুবাদক কয়াদা অনৌবা মনীপুরী অনুবাদ সাহীত্যগী মচাক লেপ্তুনা হুল্লীবসীনী। মখোয়গী মনুঙদা অয়েকপম স্যামসুন্দর, বীনোদীনী, থোয়বী দেবী, হীজম গুন, অরীবম কৃসনমোহন, আর, কে, মনী, এলাঙবম সোনামনী, এলাঙবম দীনমনী আঈ. আর

বাবু, এল. দামোদর, লোওজম জয়চন্দ্র, দা. আঙ্গ. এস. কাওজম, কে. তোম্বী, নীসান নীঙতম্বা, রঘুমনী সর্ম্ম অমসুঙ অরীবম কুমার সর্ম্মনচীঙবা মমীঙ পনবা য়াঙ্গ। মখোয়দা মনীপুরী অনুবাদ সাহীত্যবু অতোপ্পা লোনগী অনুবাদ সাহীত্যদগী হৃষ্টুখীদনবা কতথোকপা অমা য়াওনা হোতনবগী মমী তাঙ্গ। মখোয়গী মতুংদা মনীপুরী অনুবাদ সাহীত্যবু য়োকখতনবা নহারোল কয়াসু থোরক্কী। মখোয়গী মরক্তা খেত্রী রাজেস্বর, বী. এস. রাজকুমার, হৈরাঙখোঙজম মেঘচন্দ্র, খাঙেনবম তোমচৌ, এস. নবচন্দ্র, ঈবেতোন দেবী অমসুঙ এস. ব্রজেস্বরনচীঙবা কয়াগী মমীঙ পনবা য়াঙ্গ।

অনৌবা মনীপুরী সাহীত্যগী অনুবাদকী সক্রোনসী অনুবাদক য়াম্না থোরকপগী মতীক তোঙান-তোঙানবা অনুবাদকী মওঙ কয়াসু থোক্লী। সাহীত্যগী তোঙান-তোঙানবা মচলসীঙ অয়াম্বা সুনা অনুবাদ তৌনরে। মসীনা মনীপুরী অনুবাদ সাহীত্যবু তোঙান-তোঙানবা মাঙ্গওন্দা ফঙহল্লী। মনীপুরী অনুবাদ সাহীত্যদা থেঙনবা অখন্নবা মসক অমদী মসানা ঈজবা সাহীত্যগী পোতথোকপু মসানা অমুক লাঙ্গরীক্তুমক্তদা হন্দোকচবসীনী। খুদম ওয়না খরদঙ লৌখতলবদা চীঙ্গাঙবম কলাচান্দ সাস্ত্রীনা 'প্রেমদুত মহাকাব্যম" কৌবা রাধা কৃস্নগী ভক্তীরসতা য়ুমফম ওয়বা সৈরেঙগী লাঙ্গরীক অমা সঙস্ক্রীতলোনদা ঈরগা মদুবু অমুক মসামক্তা ব্বারেঙগী মওঙদা মনীপুরদা হন্দোকতুনা ১৯৭১ ইঙদা ফোঙলকঙ্গ। মসাগী লাঙ্গরীক মসানা হন্দোকচবগী মওঙসী শ্রী মঙ্গী সীঙহনা ঈবা খম্বা-থোয়বীগী ব্বারী কৌবা লাঙ্গরীকতসু থেঙনৈ। মসীদসু অনুবাদক অসীনা খম্বা-থোয়বীগী ব্বারীবু বাঙলা লোন্দা সৈরেঙ ওয়না ঈথোকপনী অদুবু অমুক মসামক্তা মনীপুরীদা অনুবাদ তৌবনী। চীঙ্গাঙবম কালাচান্দ সাস্ত্রী অমসুঙ মঙ্গী সীঙহ অনীগী অনুবাদসী ভাবানুবাদকী মওঙনী।

মখলসীমক্তদা শ্রী লাঈশ্রম ঈবোহলমচা সীঙহা 'কীর্ত্তনগী সৈরেঙ' সু লৌখতপা য়াঈ। অদুবু মাগীদী বাঙলাদা ঈবা মাগী ভক্তী সৈরেঙসীঙদসু অদুম্মক সৈরেঙ ওয়না মনীপুরীদা অনুবাদ তৌবনী।

কনাগুম্বা অমগী লাঈরীকপু মাগী লৈজরীবা মওঙদা নত্তবা য়াম্না সমজীন্না মীচম নত্রগা সাত্র-সঙস্থ্রীত গীদমক য়েঙলগা অনুবাদ তৌদুনা ঈথোকপগী চতনবী মনীপুরী সাহীত্যদসু অদুম্মক মরাঙ কাঈনা লৈ। মখলগীদা অচোম পসোত সীঙথানবা য়াঈ। মহাক্না ঈঙলীসকী ৱীলীয়ম সেক্সপীয়ারগী দ্রামাসীঙ মনীপুরী লোনদা সমজীন্না হন্দোক্লগা ফোঙলকঈ। মসীনা সক্লাঈরবা অঈবগী লাঈরীক্তু পাবগী চপ চাবা মহাউদুমক ফঙদ্রবসু লাঈরীক্তুদা য়াওরীবা সাহীত্যগী মচাক্তুগী নুঙসীরবা মনমদী নীঙথীনা ফঙহল্লী। অসুম্না সমজীনবা মওঙগী অনুবাদসু নত্তবা অতৈ মনীপুরী অনুবাদকী লাঈরীকসীঙদা অবুবা সরুক খরা থওয়না লঙথোক্লম্বা নত্রগা খঙনা নত্রগা খঙদনা ওরীজীনেল তেক্সকী সরুক খরা অনুবাদ তৌদনা লঙথোক্লম্বদী মদু মপুঙ ফাদবা অনুবাদ ওয়গনী অসীগুম্বা অনুবাদ করী করীগুম্বদা মনীপুরদা থেঙনদবা নততে।

মতমসীগী অনুবাদক খরনা ওরীজীনেল তেক্স অদুগী মওঙদু থুগাঈরগা ভাবানুবাদ অমসুঙ সায়ানুবাদসু নত্তনা মহাক্না নুঙঙাঈজবা মওঙদা অনুবাদ তৌবা য়াওঈ। মসীনা ওরীজীনেল মহাউসু মপুঙ ফানা ফঙহননবদা অপনবা পী। অসুম্না অৱাঙবা থাক্কী ফজরবা সৈরেঙগী লাঈরীক কয়া ৱারেঙ ওয়না হন্দোকপা অমদী সৈরেঙমক ওয়রবসু হান্নগী মওঙসু থুগাঈরগা অনুবাদকী অপাম্বা মতুঙ ঈন্না নৌনা সেমদুনা হন্দোকপা মতমসীগী মনীপুরীগী অনুবাদ সাহীত্যদা থেঙনদবা নত্তে। মসীগী হেনজীন্দুনা লাঈরীক্কী মমীঙ ফাওবা মানা পাম্বা মওঙদা থোন্দুনা অনুবাদ তৌরকপা

য়াওরকঈ। পুম্নমকসীনা অপাবসীঙবু লান্না লমজীঙনবগী মচাক ওয়হল্লী। মরমদী, অনুবাদকী পান্দমদী ওরীজীনেলগী মসক অমসুঙ মহাউ হেক ঙম্বা মখৈ মাঙহন্দবা হাঈবনী।

মতমসীগী মনীপুরী অনুবাদতা থেঙনরীবা খুদোঙথীবা অমদী মনীপুরী লোন্দা হন্দোকপা মতমদা মনীপুরী লোনগী ওয়বা তর্মীনোলোজী ৱাতপসীনী। মসীদগী অনুবাদকসীঙনা মানা-মানা নীঙবা মওঙদা তার্ম সেমদুনা অনুবাদ তৌরকপা থেঙনৈ। মসীনা অপাবসীঙনা করী হাঈরীবনো হাঈনা ময়েক সেঙনা খঙহন্দে। অনৌবা ৱাহৈ নত্রগা তার্ম সেম্বা ফত্তে। অদুবু নৌনা সেম্বা চতনদ্রীবা ৱাহৈ অমা তার্ম ওয়না সীজীন্নরগা অনুবাদ তৌরক্লবদী মসীনা অপাবসীঙদা অচৌবা চমম্নবা অমা পী। হন্দোকলীবনী হাঈদুনসু 'সুনীতীকুমার চত্রোপাধ্যায়' কৌবা মীঙবু লুৱাঙ বামোন লমচত ফজবা নীপামচা সর্ম্ম হাঈনা রবীন্দ্র নাচোম (অহানবা সরুক, ফোঙবা : ১৯৭১ ঈঙ) থেঙনবদা নোক্লীঙবা ফাওরকঈ। অদুবু সরতচন্দ্রগী পরীনীতাদা সনারৈ পরেজবু লমদমসীগী চতনবীগা চাননা হাউবম ঈবুঙঙোয়াঈবমনা অঙ্গোত মপানগী পরেঙগী ওনহনখীবদদী থোয়দোক্না ঙাক্লীঙঙাঈ ওয়দে।

লোয়সীল্লকপদা থমজীনীঙনবদী মনীপুরী অনুবাদ সাহীত্যনা সাফোঙলকপা হৌরকপদা অৱাঙবা থাক্তা কারস্মী। অদুবু মতমগী মতুঙ ঈন্না অনীসুবা থাক্তা কুমথরুরবসু ঙসীদী অমুক অৱাঙবা থাক্তা কাখতনবা হোতনরী। মপুম ওয়না য়েবদা মনীপুরী অনুবাদ সাহীত্যসী নীঙবা কাঈনীঙঙাঈ ওয়দে। তৌবতবু খরদঙগা হেন্না চেকসীন্না সেন্নহৌবগী তঙাঈফদবা অমদী চাউনা লৈরী। নত্রবদী খুরক্তগী নাম্বদুনা তাখীবা য়াবগী অকীবা লৈ।

মতেঙ লৌখীবা লাঈরীকসীঙ ঃ

১)  অরীবা মনীপুরী সাহীত্যগী পরীঙ (চহীচা ১৮ অমসুঙ ১৯ গী মনীপুরী সাহীত্য)
অঈবা : এল. অসোকুমার ফোঙবা : ২০০০

২)  অরীবা মনীপুরী সাহিত্যগী ঈতীহাস : নীঙথৌখোঙবম খেলচন্দ্র, ফোঙবা : ১৯৬৯ ঈঙ

৩)  মনীপুরী লোনদা অনুবাদ তৌরবা লাঈরীকসীঙ।

---(০)---

# IMPORTANCE OF TRANSLATION IN THE DEVELOPMENT OF MANIPURI LITERATURE

**DEVRAJ**

The role of translation in the development of literature may be:

A. Creation of Dialogue
B. Exchange of knowledge
C. Development of literary language

Due to certain Historical, Geographical, Political, Economic, Religious, Cultural and Social reasons equal development of the literature of all languages is never possible. At the same time the path of development is open for every language and literature. If some literature wants to become more developed, it is essential that :

A. The literature should be ready to follow a continous process of interaction with social and cultural traditions of other societies of the world.

B. It should encounter with new thoughts.

C. It should create deep relations with Science and Technology of the age.

D. The language, in which the literature is being created, must be kept on change according to the need of time, society and life. For this, it is necessary to exploit all possible sources for adoption of different type of words. proverbs, Idioms, Technical glossary, Myths, Symbols etc.

Among all important factors taking part in the development of literature, trranslation has it's own place. It imnarts the massage of the source language to the receptor language and starts a bilateral process of development.

Now I am in pasition to have a fruitful dialogue with you on the development of the literature of Manipuri language. I want to discuss this issue in the light of the translation work from Hindi in to Manipuri and from Manipuri in to Hindi.

The famous peace of writing of Premchand, Jayshankar Prasad, Ram Chandra Sukla, Harivansh Rai Bachchan, Bhagwati Charan Verma, Bheeshma Sahni, Dharmveer Bharti, Mohon Rakesh, Nagarjun, Kamleshwar, Shankar Shesh, Mannu Bhandari, Shivani, Vinod Kumar Shukla are available in Manipuri now. Non-Hindi speaking Hindi writer, Balshorei Raddy has also been translated in to Manipuri. Famous epic of he world, Ram Charit Manas can be red in to Manipuri. Kamayani, Madhu Shala, Tamas, Andha yug have enjoyed deep love and interest of Manipur readers. Prem Chan's Godan and Bhagwati Charan Verma's Chitralekha have become well known to the students of

Manipuri literature. At present translation of Avara Maseeha and Neela Chand is in progress. I may mention here that Sahitya Akademi New Delhi is taking keen interest in translation of books of Hindi and other language into Manipuri.

Let me present a face that the history translation from Manipuri into Hindi has completed 43 (Fourtythree) years. It was pt. Aribam Chhatra Dhwaja Sharma, who started the history of exposing the great treasure of thoughts and emotions of Hindi with a translation of 9 (Nine) poems in 1962 selected from Lei Pareng, the first Poetry book in Modern Manipuri Language. These poems are from the pen of Kavi Kamal the founder of Modern Manipuri literature. This work of translation was published by Rashtra Bhasha Prachar Samiti, Vardha and Introduced as a course book for the students of the degree of Rashtra Bhasha Ratna. Since then the stream of translation is flowing. We may have look on the classified list given below :

**A. Poetry :**

1. Kavi Shree Mala - 1962
2. Aadhunik Manipuri Kavitaen - 1989
3. Phagun Kee Dhool - 1990
4. Pushpa Mala - 1993
5. Nava Jagaran Kalen Manipuri Kavitaen - 1995
6. Teerth Yatra - 1996
7. Maa Kee Aaradhana - 1998
8. Jit Dekhun - 1998
9. Aandro Kee Aag - 2000
10. Kuchh Kahun Patang Aur Katha Ek Gao Kee - 2003

**B. Novel :**

11. Madhabi - 1978
12. Imphal Aur Iski Aao Hava - 1984
13. Jahera - 1997
14. Maa - 2000

**C. Short Story :**

15. Aadhunik Manipuri Kahanian - 1994
16. Pratinidhi Manipuri Kahania - 1995
17. Bhartiya Shikhar Katha Kosh : Manipuri Kahaniyan - 1997
18. Sapane Ke Geet - 1998
19. Parvat Ke Paar - 2005

**D. Drama :**

20. Thambalnoo - 1995
21. Teerth Yara Evam Whiski Ka Ek Bottle - 2006

**E. Complete Works :**

22. Kamal : Sampoorn Rachanaen - 2006

The referred work of translation has been done by Pt. Chhatra Dhwaj Sharma, Ch. Nishan Singh, Yumnam Ibotombi, Aribam Krishna Mohon Sharma, Prof. Ibohal Singh Kangajam, Prof. H. Subadani Devi, Prof. Dinamani Singh, Siddha Nath Prasad, Dr. Meghachandra Heiraing Khongjom, Dr. Sorokhaibam Susheela Devi, Dr. Elangbam Bijaya Laksmi, Dr. H. Anandi Devi, Sh. Sijguru Mayum Brajeshwar Sharma, Dr. Ibeyaima Devi etc.

All these translaters and some other also are fully dedicated to the development of Maipuri culture through Manipuri literature. Manipuri literature has reached now to the heart and mind of the people of other then Manipuri speaking. We may put in our mind that Manipuri literature is well received by other languages. A concrete example may be presented which is related to Marathi, Gujarati, Tamil and Orisa language. One short play, Netaji, written by Ibohal Singh Kangjam in Manipuri was published in Samkaleen Bhartiya Sahitya. With in a short tme it was translated in to Tamil by Saraswati Ramnathan. Mr. Bhagwan Thag has been translated the poems of 41 (Fourty one) Maniuri poets in to Marathi. A famous Novel of R.K. Sheetaljit Singh, Ima, has been translated into Gujrati by Sh. Ramesh Deomani. Dr. Shambhu Dayal Agrawal Sarvapriya has translated 18 (Eighteen) Manipuri Short stories in to Oria language. All this work has created a glorious National indentity and helped in the development of Manipuri Literature. Famous writer Kamleshwar, in course of examining the short stories for selection to publish in a Bhartiya Shikhar Katha Kosh (Manpuri Kahaniya) found that some short stories of Manipuri language can easily stand among best short stories of other developed Indian language. Specially he made a comment on INE-LEIPAKLEI, a short story by N. Kunjamohon Singh is these words, "The INE-LEIPAKLEI of N. Kunjamohon Singh, not only of this collection, but is one of the best short story of all Indian languages". Kamleshwar again says that, "In course of reading this short story, Maxim Gorki's MAA comes to mind ................" This Glory come to Manipuri literature though translation and has a definite impact on the development of literature.

Let me present the role of translation from another angle. Yumlembam Ibomcha, a Manipuri writer wrote a laghu Kathai 1969. He was not definite that what he has written, so he put it under the format of traditional short sotry. In nineties the movement of laghu Katha was introduced to Manipuri language through translation. Then the writers and critics came to know that the story of Ibomcha is a laghu Katha. The new form of fiction attracted the writers and with in a short period of time more than one collections prepared and made available to the readers. The credit of coining a name for this new from of writing should be given to Ibohal Singh Kangjam. He coined a name WARRI-PIKTRU and published his collection of Laghu Katha with this new name coins by him. Readers of POKNAFAM, a leading daily in Manipuri serialized WARRI-PIKTRU by starting a column in Sunday issue. At present many writers are using this new format as a powerful medium of painting their feeling and experiences on paper.

One another example is more distinctive in this regard. Prof. Bheemsen Nirmal, a well known Talugu-Hindu writer translated a poetry book, VISHVAMBHARA of Jnanpeeth awardee Telugu poet C. Narayan Reddi. Dr. Lanchenba Meetei, a famous young writer of Manipuri found this book in Hindi translation. He was so impressed with the form of writting used by C. Narayan Reddi, that he decided to introduce it to the Manipuri literature, resultly his new collection of poems Yenglu-Yenglu Bada came in to existence in PANCHPADI SHEILY, a very new Chahnd format in Manipur language.

Translation has built a creative bridge between Manipuri literature and the literature of Hindi and other languages. With the help of this bridge words, symbols, idioms, proverbs, new thoughts, vision based on Science and technology is reaching and excelearting the process of development of our literature.

And, this development is not one way course of action, and also it is not only the literary development, but a Socio-Cultural development through literature. Translation has made available the History, the culture, the soceity of Manipur to whole of the World. Now any body can have a bigger knowledge ad information about Manipur and a Maniprui can know other societies much better. In this way translation is working for creation of a new social culture based on mutual understanding, harmony and intellectual development. It is not a wonder that E. Neelkant Singh, One of the most important piller of Modern Manipuri Poetry movement, once accepted that Ajen the great Hindi poet is his GURU of Poeties sensibility and it is also not a matter of wonder that Suresh Chandra Vatsyayan, the founder of MANTRA-KAVITA, a new movement in Hindi poetry is at present composing poems containing MEIRAPAIBI movement in Manipur. Both the information are related to the development of Manipuri Culture and literature. I think nothing more is necessary to be said regarding the importance of translation in the development of Manipuri literature.........

---(0)---

# ঈঙরাজীদগী হন্দোকপা মনীপুরী অনুবাদ সাহীত্য

**লোঙজম জয়চন্দ্রা**

ঈঙরাজীগী হন্দোকপা মনীপুরী অনুবাদ সাহীত্যগী খোঙহৌ অসী য়াম্না কুঈদ্রী হাঙ্গবা য়াঙ্গ। মরুওয়না মসী নোঙচুপলোমগী মহৈ- মসীঙ তম্বগী অনৌবা ঈহৌ লাক্লবা মতুঙদা মঙাল উথীবনী। মাঙ্গৈগে অসীনা লময়ানবা অঙ্গবা খ্বাঙ্গরাকপম চাউবগী মমীঙ পনবা চুমঙ্গ। মহাক্না ঈঙরাজী কবী তোমাস গ্রেগী মমীঙ লৈরবা সৈরেঙ 'ঈলীজী' বু মীতৈরোন্দা হন্দোক্লুনা মহাক্কী সৈরেঙগী খোমজীনবা লাঙ্গরীক 'থাঙ্গনগী লৈরাঙ' দা ফোঙখী। অদুবু 'ঈলীজী' গী মপুঙ ফাবা সৈরেঙগী লাঙ্গরীকমক্তী নতখীদে। গ্রেগী সৈরেঙ অসী পুন্না পরেঙ ১২৮ না সাবনী। অদুবু হন্দোক্লীবদী চাউরাক্লা পরেঙ ৬০ মুকনী। ঈঙরাজী সাহীত্যবু থৱাঙ্গ য়াউনা পামজখীবা খ্বাঙ্গরাকপম চাউবনা মনীপুরী সাহীত্যদা বাঙলা সাহীত্যগা ঈরোয়ননা ঈঙরাজী সাহীত্যবু মহাউ পীননবা হোতনখী। দবললীউ সী ব্রীএন্ত, অঙ্গচ দবললীউ লোঙফেল্লো, রোর্বত হেরীক অমদী পী,বী সেল্লীগী সৈরেগী ঈথীন কয়া মহাক্কী সৈরেঙসীঙদা উবা ফঙখী। লময়ানবা অঙ্গবসীঙ অসীগী মরক্তা ঈঙরাজী সাহীত্যদা থৱাঙ্গ য়াওখীবা অতোপ্পা অঙ্গবা অমনা অরাম্বম দরেন্দ্রজীতনী। মঙোন্দা সেক্সপীয়ারগী অকনবা ঈথীল লৈখী। অদুবু অঙ্গবা অনী অসীগী মতুঙদা নোঙচুপলোমগী সাহীত্যগী মসক অসী মনীপুরী সাহীত্যাদা তপ্পা-তপ্পা চঙলকপা হৌরবসু য়াম্না সাঙনা

কান্নখী। ঈঙ ১৯৬৪ দা চোঙথাম সমরেন্দ্রা মমীঙ লৈরবা সেক্সপীয়ারগী লীলা "ওথেল্লো" (অনীসুবা খুতনম ১৯৯৭ দা পুথোকখী) অমদী ঈঙ ১৯৬৫ দা অসাঙবম মীনকেতননা সেক্সপীয়ারগী 'দী রেপ ওফ লুক্রেসী' বু মসাগী সৈরেঙগী মসক কাঈহন্দনা মীতৈলোন্দা হন্দোক্তুনা ফোঙখী। মথঙদা ঈথা থাজদনা ঈরেঙ বীজয়না ঈঙ ১৯৭০ দা অমর খয়ামবী 'ররবাঈয়ত' পু ঈঙরাজীদগী মীতৈলোন্দা হন্দোকখী। পরেঙ ৪ না সাবা, ঈসতেনজা ১০০ হেন্না য়াওবা এদর্ব্বাদকী ফী তজর‍্যালদগী ঈঙরাজী অনুবাদ অসী মীতৈলোন্দা হন্দোরকপদা মনীপুরী অপাবসীঙনা হরাওনা ওক্লখী। মতম অসীদা থোরকখীবা মরুওয়বা মীসক অমনা জী:সী তোঙব্রানী। দ্রামা পামজখীবা, দ্রামাগীদমক্তা মপুঙ্গী কতথোকখীবা তোঙব্রানা, প্রীথীবীগী ফাওরবা লীলা কয়াসু মীতেলোন্দা ওহ্লোক্তুনা মপানগী লীলাগী মহাউনা মনীপুরী অয়েঙবসীঙদা পীনবা হোতনখী। সোফোক্লীস, সেক্সপীয়ার, ঈবসেন, জী:বী: সো, পীরান্দেলো, মারলো, বেক্কেনচীঙবগী দ্রামা কয়াসু মীতৈলোন্দা পুথোক্লমঈ। মতাঙ অসীদা ঈঙরাজীদা ঈবা নোঙচুপলোমগী লীলা কয়া মনীপুরী ভাবোকসীঙনা থব্রাঈ তানা য়েঙনখী। বেক্কে, জোন ওসর্বোন সেক্সপীয়ার অমদী এবর্সদ থীয়েতরগী অঈবসীঙগী লীলাসীঙ দ্রামাগী সঙস্থান কয়ানা পুথোরকখী। ঈঙ ১৯৭৩ দা সোফোক্লীসকী 'এন্তীগোনে', ঈঙ ১৯৮১ দা সেক্সপীয়রগী 'জুলীয়স সীজর' দা: আঈ. আর. বাবু. সীঙহন মীতৈলোনদা হন্দোক্তুনা ফোঙখী। ঈঙ ১৯৮২ দা মার লোনগী দ্রামা 'দাক্তর ফোসতস' এল, বীরেন্দ্রকুমার সর্ম্মনা মীতৈলোন্দা হন্দোকখী। ঈঙ ১৯৯২ দা মহাক্না অমুকসু সেক্সপীয়রগী সোন্নেতসীঙবু মীতৈলোন্দা হন্দোক্তুনা পুথোরকখী। লাঈরক অনী অসীনা বীরেন্দ্রকুমার সর্ম্মবু অনুবাদক অমা ওয়না খঙনখী। ঈঙ ১৯৮২ .দা মোয়রাঙথেম বীরমঙ্গল সীঙহানা

রাসীয়ান অঙ্গবা নীকোলাঈ ওস্ত্রোভস্কীগী উপন্যাস অমদী ঈঙ ১৯৮৭ দা রাসীয়ান কবী মায়াকোভসকীগী সরেঙসীঙ মীতৈলোন্দা হন্দোকতুনা ফোঙখী। লাঈরীক অনী অসীনা বীরমঙ্গল সীঙহাসু মনীপুরী সাহীত্যদা রূপান্তর অমা ওয়না সক খঙনরী। লাঈরীক অনী অসী হন্দোকপগীদমক মঙোন্দা ঈকাঈ খুম্ননীঙঙাঈ ওয়রবা সোবীয়ত লেন্দ নেহরু এৱার্দ পীখী। ঈঙ ১৯৯০ দা মসক নাঈরবা মতমগী কবী তী, এস, ঈলীয়তকী 'দী ৱেসত লেন্দ' মীতৈলোন্দা 'খৌগঙলবা লমলেম' হাঈনা মীঙথোন্দুনা পুথোরকখী। অঙ্গবা অমা ওয়না মসক খঙনখীবা রাজকুমার মনী সীঙহসু সীঙথানীঙঙাঈ ওয়রবা অনুবাদক অমনী। ঈঙ ১৯৯১ দা মহাক্না হেমীঙৱেগী 'দী ওলদ মেন এন্দ দী সী' হাঈনা অমদী ঈঙ ১৯৯৫ দা ওক্তাভীও পাজগী সৈরেঙসীঙ মীতৈলোন্দা মথঙসীতনা 'হনুবা অমসুঙ সমুদ্র' অমসুঙ 'কাঈরবা ঈসীঙ পুন' হাঈনা মীঙথোন্দুনা ফোঙখী। রাজকুমার মনী সীঙহগী সীঙথানীঙঙাঈ ওয়রবা অনুবাদতী ঈঙ ২০০৪ দা মীতৈলোন্দা হন্দোক্লুনা ফোঙখীবা হোমরগী 'ওদীসী' নী। মীতৈলোন্দা লামায় ৩০০ হেন্না পানবা লাঈরীক অসী মহাক্না ঈ, ভী, রীউগী ঈঙরাজী অনুবাদতগী মনীপুরীদা হন্দোকপনী। মরক অসীদা ঈঙ ১৯৯৮ দা মাঈবম ঈবোচৌবা সীঙহনা জোন গ্রেগী 'দী বোরদর লীজন' হাঈবা উপন্যাস অসী মীতৈলোন্দা 'ঙমখৈ লাম্মী তেঙ্গোলগী বন্দীনী' হাঈনা হন্দোক্লুনা ফোঙখী। ঈঙ ২০০১ দা অমুক আর, কে, স্বর্নলতানা সার আর্থর কোনান দোয়লগী 'দী হাউন্দ ওফ দী বাস্করবীলে' বু মীতৈলোন্দা 'বাস্করবীলে সাগৈগী সাদান - হুঈ' হাঈনা মীঙ থোন্দু পুথোরকখী। ঈঙ ২০০২ দা মসক খঙনরবা উপন্যাসকার অরাম্বম বীরেননা মমীঙ লৈরবা রাসীয়ান অঙ্গবা লীও তোলসেতয়গী উপন্যাস 'কোসাক' মীতৈলোন্দা হন্দোকখী। মখোয়সীঙ অসী ঈঙরাজীদগী হন্দোরকপা মনীপুরী সাহীত্যদা অঙম্বা

দান তৌরকলীবা খুদোল ঙাক্তনী। মসীগী মথক্তা মরক-মরক্তা মীতৈলোনগী চেফোঙ কয়াদা ঈঙরাজী লোনদগী হন্দোরকপা সৈরেঙ, রারীমচা অমদী উপন্যাস কয়াসু ফোঙদোরক্তুনা মনীপুরী সাহীত্যগী লনগৈ অনৌ-অনৌরা মচল কয়া হাপচীল্লকপা ঙমলক্লী। মখোয় লোয়নমক চে অসীদা পনবা ওয়থোক্তে। মসীগী মনুঙদা নত হামসনগী 'পান' অমদী হেমীঙৱেগী 'এ ফীয়ারৱেল তু আঁমস' হাঙ্গীবা উপন্যাস অনী অসী মমীঙ পনবা য়াঙ্গী।

মথক্তা পীজরীবা লাঙ্গীরীকসীঙ অসী ঈঙরাজীদা ফঙবা নোঙচুপলোমগী সহীত্যদগী মীতৈলোন্দা হন্দোরকপা ঙাক্তনী। মনীপুরী অনুবাদকসীঙগী পুক্লীঙ অসী মরুওয়না ঈঙরাজী, আমেরীকান অমদী রাসীয়ানগী লোনসীঙগী সাহীত্যদনা হেন্না লুপ্লগুম্না উঙ্গী। সৈরেঙ, দ্রামা অমদী উপন্যাসনা মখোয়গী পুক্লীঙ হেন্না চীঙসীল্লী। ৱারেঙগী সরুক্কী য়াম্না তাঙনা থোক্লী। মাঙ্গীকৈ অসীদা ঈঙ ১৯৯৭ তা ফোঙবা বী, এস রাজকুমরনা মীতৈলোন্দা হন্দোকপা বেনজামীন জোৱেতগী প্লাতোগী 'থ্রী দাঙ্গীলোগস' সীঙথাবা য়াঙ্গী। অনুবাদকসীঙ অসী য়াম্না প্রোফেসনেল ওয়না অনুবাদ খক্তদা চঙসীনবদী তাঙঙ্গী, অয়াম্বনা ক্রেতীভ রাঙ্গীতরনা মসীঙ হেল্লী। অমুক্কা হেন্না নুঙঙাঙ্গীরীবদী রাঙ্গীতরসীঙ অসীগী এরীয়া অমসুঙ ঈন্তরেস অসীনী। ফীকসন রাঙ্গীতর অমনা সৈরেঙদা, কবীতা ঈবা অমনা ফীকসদা, দ্রামা পামজবা অমনা ফীকসন অমসুঙ সৈরেঙদা থৱাঙ্গী য়াওরকপদা থোয়না ঙক্লীঙঙাঙ্গী ওয়দে। অমুকসু ক্রীতীক অমনা দ্রামাদা হেন্না থৱাঙ্গী য়াওরকপসু থেঙনৈ। সম্না হাঙ্গীরবদা, মনীপুরী অনুবাদকসীঙগী অকক্নবা লম্বী অমা হাঙ্গীবা লুঙ্গী। মখোয় মখোয়না থেঙনরুবা, পারু-পারুবদা পুক্লীঙদা ঈথীল পীরকপা লাঙ্গীরীকসীঙনা মখোয়গী অনুবাদকী মাঙ্গীওন লেপ্পী। নোঙচুপকী সাহীত্যদগী মীতৈলোন্দা

হন্দোরক্লীবা অঙ্গবীসীঙ অসী ময়াম্না মসক খঙনরবা অঙ্গবা ঙাক্তনী। মসীনা নোঙচুপকী সাহীত্যগী মহাউ অমদী মনীপুরী অপাবসীঙদা পীবা ঙমঙ্গ। অনুবাদ সাহীত্য অসী হৌজীক্কী মতমদা অচৌবা সাহীত্য-কলা অমা ওয়রকপদা সাহীত্যগী পরীঙদা মসীগী মসক অসীবু মফম চানা লেপ্পা চঙলক্লী।

ঈঙরাজীদগী মীতৈলোন্দা হন্দোরকপা নোঙচুপলোমগী সাহীত্যগী লাঈরীকসীঙ অসীগী মথক্তা ঈঙরাজীদা ফঙবা ভারতকী তোঙান-তোঙানবা লোনগী সাহীত্যদগী মীতৈলোন্দা হন্দোকপা লাঈরীকসীঙবু হৌখীবা চহী খরা অসীদা য়াম্না মরাঙ কাঈরক্লী। ঈঙ ১৯৮৯ দা মমীঙ লৈরবা মনীপুরী উপন্যাসকার হীজম গুন সীঙহনা সাহীত্য অকাদেমীনা ফোঙবা দা: সুকুমার সেনগী 'হীস্তোরী ওফ বেঙ্গোলী লীতরেচর' মীতৈলোন্দা হন্দোকখী। ঈঙ ১৯৮৬ তা মারাথী লীলা ঈবা বীজয় তেন্দুকরগী 'সখারাম বাঈন্দর' বু মসক খঙনরবা স্কোলার লৈমপোকপম দামোদর হীঙহনা হন্দোকখী। লোয়ননা খেত্রী মুনাল সীঙহনা কনারা লীলা ঈবা গীরীস কর্নাদকী 'তুঘলখ' মীতৈলোন্দা হন্দোকখী। ঈঙ ১৯৯১ দা মনীপুরী ফীকসন ঈবা চোঙথাম নরেন্দ্রা সীঙহনা মনোহর মালগোকরগী লাঈরীক 'দী মেন হু কীল গান্ধী' মীতৈলোন্দা হন্দোক্তুনা ফোঙখী। ঈঙ ১৯৯২ দা মাঙ্গবম ঈবোচৌবা সীঙহনা ঈন্দীরা অনন্থ কৃসননগী 'রীপলস ঈন দী রীভর' বু মীতৈলোন্দা 'তুরেলদুগী ঈথক-ঈপোমসীঙ' হাঙ্গনা মীঙথোন্দুনা অমদী বীনা পেনতেলগী 'লীঙক ঈন দী ব্রোকন চেন' বু মীতৈলোন্দা 'ততলবা য়োতহীলঙলক্তা সমজীন্নবা' হাঙ্গনা কৌদুনা ঈঙ ১৯৯৭ তা পুথোকরকখী। ঈঙ ১৯৯৫ দা ঈবুঙবম চন্দ্র সীঙহনা বী, কে বরুয়াগী 'হীস্তোরী ওফ আসামীজ লীতরেচর' মীতৈলোন্দা হন্দোকখী। ঈঙ ১৯৯৭

তা মমীঙ লৈরবা মনীপুরী অঙ্গবা অমদী অনুবাদক রাজকুমার মনী সীঙহনা বারবারা স্তোলর মীল্লরগী ঈঙরাজীদা হন্দোকপা জয়দেব কবীগী 'গীতগোবীন্দ অমদী মারাথী সাহীত্যগী মমীঙ চতলবা ঈরাবতী কার্বেগী লাঈরীক 'যুগাড' হন্দোকতুনা ফোঙখী। লাঈরীকসীঙ অসীগা ঈরোয়ননা ঈঙ ১৯৯৮ দা কোন্থৌজম তোম্বী সীঙহনা রবীন্দ্রনাথ থাকুরগী ঈঙরাজী 'গীতানজলী' মীতৈলোন্দা পুথোরকখী। রবীন্দ্রানাথ থাকুরগী সৈরেঙসীঙদা থোয়দোক্লা খোয়দাজরুবা অনুবাদক অসীনা ঈঙ ২০০২ দা 'দী গাদ্রেনর' অমদী ঈঙ ২০০৩ দা 'ফ্রুত গেদরীঙ' বু মথঙসীতনা 'মালী অমসুঙ হৈ-খুনবা হাঈনা মীঙথোলদুনা ফোঙখী। সৈরেঙ অমসুঙ সাহীত্যগী ব্বারেঙসীঙ অসীগা ঈরোয়ননা অতৈ অতোপ্পা মচল কয়াসু হন্দোক্তুনা মনীপুরী লোনগী পুক্কেদা হাপচীল্লকখী। মদুগী মনুঙদা ঈঙ ১৯৯৩ দা মসক নাঈরবা মনীপুরীগী অঙ্গবা এলাঙবম সোনামনীনা ঈঙরাজীদগী সুকুমার সেনগী 'চন্দীদাস' মীতৈলোন্দা পুথোরকখী। ঈঙ ২০০২ দা বী, এস, রাজকুমারনা দা: সীসীর কুমার বোসকী লাঈরীক 'দী ফ্লেমীঙ স্বোদ ফোরএবর অনসীদেদ' অমদী ঈঙ ২০০৩ দা সলাম রুপচন্দ্রনা বীলাস মনোহরগী 'নেগল' মীতৈলোন্দা হন্দোকখী। ঈঙ ২০০৩ দা অচৌবা মনীপুরগী স্কোলার ওয়না খঙনখীবা দা: আঈ, আর. বাবু সীঙহনা আর, কে নারায়নগী 'দী গাঈর্দ অমদী অরুন জোসীগী 'দী স্ট্রেনজ কেস ওফ বীলী বীস্বাস' পু মীতৈলোন্দা 'লমজীঙবা' অমসুঙ 'বীলী বীস্বাসকী অঙকপা কেস' হাঈনা মীঙথোন্দুনা পুথোকরকখী। ঈঙ ২০০৪ দা মমীঙ লৈরবী মনীপুরী অঙ্গবী এস, ভানুমতী দেবীনা রাস্কীন বোন্দগী অপীকপা উপন্যাস 'এ ফ্লাঈত ওফ পীজনস' মীতৈলোন্দা 'খুনুসীঙগী লানজেন' হাঈনা কৌদুনা হন্দোকখী। হৌজীক-হৌজীকমক মমীঙ লৈরবা কবী যুমলেমবম ঈবোমচা সীঙহনা মীতৈলোন্দা হন্দোকপা মসক নাঈরবা কনাদা অঙ্গবা ঈউ, আর আনন্থ মুর্ত্তীগী 'সঙস্কার' অমদী বীরেন্দ্রকুমার সর্ম্মনা হন্দোকপা কুসন্বত সীঙহগী 'ত্রেন তু পাকীস্তান' ফোঙগদবগী থৌরাঙ লৈরে।

ঈঙরাজীদগী মীতৈলোন্দা হন্দোকলীবা লাঈরীকসীঙ অসীগী চাউরাকপা মোত অমদী পীবা চুমঈ হাঈনা নীঙঈ। মনীপুরীদা হন্দোক্লীবা অনুবাদকসীঙ অসী চাউরাক্লা সরুক অহুম থোক্লা য়েঙবা য়াঈ। অহানবদা, রাঈতরনা অনুবাদতা খুত থারকপা কাঙলুপ অমা, অনীসুবদা, সমালোচকনা অনুবাদক ওয়রকপা কাঙলুপ অমা, অহুমসুবদা মপালগী লাঈরীক পারুবদগী মখোয়না পারুবা অমদী থম্মোয়দা খোয়দারুবা লাঈরীকসীঙগী মহাউ মীতৈলোন্দা হন্দোক্তুনা অতোপ্পবুসু খঙহননীঙবা কাঙলুপ অহুম অসীগী গুন অমসুঙ দোস অনীমক লৈতবা নত্তে। ক্রেতীভ রাঈতরনা অনুবাদক ওয়রকপা মতমদা অনীমক ওরীজীনেল রাঈতরগী মহাউ খরদী পীবা ঙমঈ। অনীমক ক্রেতীভ রাঈতর ওয়মীন্নবগী খুদোঙচাবা খরদী লৈ। অদুবু খুদোঙ চাদ্রীবদী ফীকসনদা হৈনবা ক্রেতীভ রাঈতর অদুনা সৈরেঙগী অনুবাদ তৌরকপা মতমদা অৱাতপা খরদী তসেঙ-তসেঙনা চোঙথোরকঈ। মসীদা সীনফম ওন্নবগী মমী তারকপসু ওয়থোকঈ। মসীনা অহানবা কাঙলুপকী অনুবাদকসীঙগী মসক্নী। অনীসুবা অনুবাদকসীঙগী খুদোঙ চাবা অমনা মসামক সমালোচক ওয়বনা মীতৈলোনগী কাচীন-কোয়াদা মীনা ৱা ঙাঙবা ঙমদনবা চেকসীনবগী থৌরাঙ খরদী উঈ। অদুবু কাঙলুপ অসীগী অসোনবা অমনা মসামক ক্রেতীভ রাঈতর নত্তবনা থম্মোয় কনবগী মমী অমদী মরক মরক্তা ফোঙদোকরকঈ। অমদী ওরীজীনেল রাঈতরবু ক্রীতীকেল ওয়না য়েঙদুনা ৱাহে-ৱাতাদা থৱাঈ হাপ্পা ঙমদবসু য়াওরকঈ। অহুমসুবা মখলগী অনুবাদকসীঙ অসীগী খুদোঙ চাবদী ক্রেতীভ রাঈতরসু নত্তবা সমালোচকসু নত্তবগী মনীঙতম্বা অমদী ফঙঈ। মসাগী নুঙঙাঈনবগী পান্দমদা পারুবা লাঈরীকসীঙবু মসাগী পেন্নবা মীয়াম মমাঙদা অমুকসু ফোঙদোকপনা কাঙলুপ অসীগী মীওয়বসীঙগী মরুওয়বা পান্দমনী।

মীওয়বসীঙ অসীদী মখোয়না হন্দোকলীবা লাঈরীকসীঙ অসীদা চীলহাউ থোয়না থীদে। তানজা অমদা থেঙনরুবদা ফাওরকপা ঈথীল অদুনা মরুওয়বা মখোয়গী লমজীঙ ওয়রকঈ। মতাঙ অসীদা হঙবা য়াঈ, অদু ওয়রবদী অফবা অনুবাদক হাঈবসী করীনো? ঐগী মোততা, মথক্তা পনজখ্রাবা কাঙলুপ অহুমমক অসীগী গুনসীঙ অসী অফবা অুবাদক অমদা দরকার ওয়। মঙোন্দা ক্রেতীভ রাঈতর অমগী গুন, লোয়ননা মপানগী লাঈরীক মযাম পাবগী হৈনবী মগুন য়াম্না দরকাব ওয। মসীগী মথক্তা, অফবা লোন হৈবা মীসক অমা ওয়বগী মগুন লৈবা চঙঈ। অনুবাদ তৌবা হাঈবসা মপান্দদী লোন অমদগী লোন অমদা হন্দোকপবু খঙনৈ। অদুবু অখন্নবা লোন অমগী সাহীত্যগী পোতথোক অমা অতোপ্পা লোনগী সাহীত্যদা হন্দোরকপা হাঈবসীদা কুপসীন্না য়েঙলকপা তারবদী চুম্নগী লোন অমদগী লোন অমদা ওন্থোকপা ঙাক্ত না য়ারক্তে। হন্দোকলীবা পোতথোক অদুদা থব্রাঈ হাপ্পা ঙম্বা হাঈবসী তাঙাঈ ফদবা অমনা। দীক্সনারী অমা মাঙদা থল্লগা মেকানীকেল ওয়না হেক্তা অনুবাদ তৌবসু লানগনী। অতোপ্পা লোনগী সাহীত্যগী অঈবা অমা হন্দোব্লবগীদমক্তা মহাক্কী সমাজগী ফীভম, অঈবা অদুনা কল্লীবা মফম, মহাক্কী সাহীত্যগী পুন্সী, অঈবা অদুগী সমাজগী চতনবী, নাত, লাঈনীঙ-লাঈসোল খরমখৈদী খঙবগী মথৌ তাঈ। নত্রবদী ব্রাহৈগী অর্থ লান্না হন্দোরকপগী অকীবসু লৈ। য়াম্না মরু ওয়বা অমনা লোন অমগী সাহীত্যগী পোতথোক অমা হন্দোরকপা মতমদা অনুবাদকসীঙনা চীলহাউ খরদী থীবা চঙঈ। অনুবাদ তৌরকপা লাঈরীক খুদীঙমক অপাবসীঙনা হেক্তা পামলমগনী হাঈনা খনবসু লানগনী। মসীনা ফৈ নত্রগা ফত্তে হাঈবগী অপাবসীঙনা লাঈনা খন্দোকপা ঙমঈ। অুবাদকসীঙনা অতোপ্পা লোনগী সাহীত্যদগী হন্দোরকপা মতমদা হন্দোকলীবা লোন অদুগী সাহীত্যদা কান্নগদবা,

লোন অদুদা লৈরবা অৱাতপসীঙ অদু কুপ্না থীবা চঙঈ। মতাঙ অসীদা চেকসীনগদবদী অচৌ-অচৌবা জাতী অমগী অচৌবা সাহীত্যগী পোতথোক অমা ঈমারোন্দা হন্দোরকপা মতমদা ওরীজীনেল ৱক অদুগী মহাউ পীবা ঙমহৌদ্রবদী সেরান্ননা লমজীঙখীবা য়াবগী অকীবসু লৈ। মসীদা অনুবাদকসীঙদা হেন্না মনীঙতম্বা পীদুনা ওরীজীনেল ৱাকতা অপাম্বসীঙনা ফঙলীবা মহাউ পীবা ঙমহৌদ্রবদী সেরান্নানা লমজীঙখীবা য়াবগী অকীবসু লৈ। মসীদা অনুবাদসীঙনা চেকসীনবগী তঙাঈ ফদবা লৈ। 'ত্রানক্রেসন' হাঈবসী ৱাহৈদদী য়াম্না ফজে। অদুবু মসীনা অনুবাদকসীঙদা হেন্না মনীঙতম্বা পীদুনা ওরীজীনেল ৱার্কতা অৱাবসীন ফঙলীবা মহাউ অদু হন্দোকলীবা ৱাক অদুদা পীবা ঙমদবসু য়াঈ। অনুবাদ তৌবদা মনীঙতম্বদী দরকার লৈ অদুবু মদুনাওরীজীনেল রাঈতর অদুগী ৱাখল, পান্দম স্তাঈল অখন্নবা নমুনা অদুগী ঙমখৈ ৱাঙমা লান্না চতখীবা তারবদী পোফম খঙদবা পোতকুম ওরীজীনেল অমদী তারগেত লেঙগোয়জ অনীমক্তা কান্নবা ফঙহনবা ঙমদে।

ঈঙরাজী লোনদগী মীতৈলোন্দা হন্দোকলীবা লাঈরীকসীঙ অসী মসীঙদা অমদী মগুনদা খরগা হেন্না মপুঙ ফাহন্নীঙঈ। অতোপ্পা লোনগী সহীত্যগী মহাউ অসী অনুবাদকী খুতথাঙ নত্তনা ফঙবা ঙমদে। মসীদা অনুবাদকসীঙগী অচৌবা দান লৈ। মনীপুরী সাহীত্যাদা নবদ্বীপচন্দ্র, স্যামসুন্দর, সুরচান্দ সর্ম্মা, ব্রজবীহারী সর্ম্মা, মীনকেতন, কলাচান্দ সাস্ত্রী, গৌরকীসোর, অসীগুম্বা অনুবাদক দরকার ওয়রী।

-(লোয়রবা)-

